


ঁথোকওবা :

শ্রীথোইরাংথেম ইবোতোম্বী সিংহ

সেক্রেটরী

ওল মণিপুর উমংলাই হরাউবা কমিটি

উরিপোক্ নাউরেমথোং, ইম্ফাল

অহানবা নম্বা

১৯৭৫ ইং মে,

কপী মশিং ১২০০

লাইব্রেরী হকপুম্বা কমিটিনা কন্নবা :

নম্কম্: ডি মণিপুর গীতা প্রেস শিংজমৈ, ইম্ফাল।

# কচ্চবা

হে নতিক নয়াই চাউরবশিং
পোইরৈ তা কাথিবশিং
মকোই পাউনিংশিংবা মায়চৌশিং
পাঙদ্রবা ঐখোয়গী খুদোল্
ইঙা থাজগী ১২ নি পাল্লিবা
কোরৌ ইরাই শুমিত্তা কচ্চরি।
লৌবিয়ু "লোয়য়ম্বা" লৎনদন ॥

লাইরিক অসি নম্বদা দাণ তৌবিরকপশিংগী মিং—

| | | রুপা পৈশা |
|---|---|---|
| ১। | এম, ইবোতোম্বী সিংহ | ১০০'০০ |
| ২। | এন, শ্যামকেশ্বর সিংহ | ৩০'০০ |
| ৩। | এম, শিজবী দেবী | ২০০'০০ |

# ৱাহৈ খরদং

ইপা ইপুশিংনা চৎলম্বা লিচৎ শাজৎ থিজিনবা হায়বা অসি মচা মশূ ওইবা ঐখোয়গী তৌদবা য়াদ্রবা ইথৌমক্নি। "পরিক্ষিৎ মহারাজনা মপা মপুগী লিচৎ শাজৎ থিজিন্দুনা ৱারী ৱাখোঙ তাবদগী মশাদা পরম্বা লাইথুং কে কথি"। নিংথৌ অসিনা মপানাৎ মপুনাৎকী ৱারী ৱাখোঙ তাবদা কান্নবা ফংবা অদুগুম্না ঐখোয়সু পুৱারী তাবা, থিজিনবদা, শোয়দনা কান্নবা ফংগনি নি ই। সাহিত্যনা সমাজগী শকয়েং মিংশেলনি হায়রাগদা জাতি অদুগী শক্তমনি জাতি খুদিংমক্না মাগী মাগী মনাৎ থিজিন হুমজিনবা হায়বা অসি লেমঙবা অমা ওইনা চৎনরক্নি। ঐখোয়গী তোপ-তোপ্পা ময়েক অমদি ইনাৎ লৈবদগী ঐখোয়সু অপিকপা ফুকুপ ওইরবসু চাওখোকচরি। ইনাৎ চাওখৎনবা ভারত সরকার অমদি মণিপুর সরকারনসু তেংবাংলি!

লাই ওইশ্রবা অহল লমনশিংনা করম্বা ঋতুদা করম্বা য়াহিপ কমকম চাক-চা শিজিন্নরমই। করম্বা চয়োন্দা করি সাধনা তৌরমই অদুগা করম্বা মুমিঙ্তা করি কার চাবা য়াদবগে? কুপ্না থিজিনবা অমদি নৈনবা য়াবা মতম ওইরক্লে। ঐখোয়গী ইপা ইপুদি জ্যোতিষ শাস্ত্রনচিংবা হিরম কয়াদা লাই ওইরমই। অদুগুম্বা লাইগী মচা মশু ঐখোয়না থাক্কনা থিজিন হুমজিন্ন-বদি শোয়দনা মঙাল খরদি ফংগনি আশা তৌরি। চাহৈদবা চাবা, য়েংহৈদবা য়েংবা, তৌহৈদবা থবক কয়া তৌবদগী করি তোংই অমসুং মাঙই নৈনবা য়াবা ৱাকমনি।

সভ্য জগৎ অসিদা য়েক শলাই তিন্নবা চারো মৌরোন-বদগী মাঙলকইবা অদু মিৎনা পা উদবগুম্না ঐখোয়না উবা

ওমক্সদে। ঐখোয়না মতিক চাবা নাগরিক অমা ওইবদা তশ্তাই ফদনা লৈতবা য়াম্রবা গুনশিং অম্ব য়ুম্মুরেন অমা ওইদবস্থ লৈবা তাই। ঐখোয়না লমচৎ শাজৎ চুম্নবদি ইপা ইপুগী মতিক ময়াই খরদি শোয়দনা ফংগনি নিংই।

মরম অদুনা ইপা ইপুগী ইনাৎ থিজিনবদা মতেং খরদং ওইরবস্থ ফংগদ্রা হায়না আশা তৌজদুনা " লোয়য়ম্বা শিনয়েন" কৌবা লাইরিক অসি কোংদোকচরি। লাইরিক অসিদা য়ুম্নাক-শিংগী মথৌ, লৈমা, নিংথৌশিংনা চৎকদবা লমচৎ ব্যবহার খোগললোল, ফিজেৎ-চাকচা কয়া পাক চাওনা লৈনরি। হিরম-সিদা ঐনা থোইনা লৈনরুদ্রবস্থ মিৎয়েং তাবিরগা খশুবিগনি।

লাইরিক অসি মৈতৈ ময়েকতগী বাঙ্গালী ময়েকতা শিন্দোক্তুনা পণ্ডিত এনজি, কুলচন্দ্র সিংহনা পীনবিরকই। মদুগীদমক্তা কমিটিনা পণ্ডিতকী চাওরবা লমন তোল্লি হায়না লৌজরি। ঐগী ইয়াম্বা ও, ভোগেশ্বর সিংহ রিসার্চ স্কোলর (M.S.K.A.) না অরাবা কয়া খাংদুনা প্রুফ লৌবি। মদুগীদমক্তা হন্না ২ থাগৎ-চরি। অদুগা ঐগী মরুপ মুতুরা বহাদুর সিংহ "চিত্রকলা বিশারদ" না শ্লোক শানবা য়েকপগীদমক্তস্থ থাগৎচরি। তেল্লবা মতমদা গীতা প্রেসনা লাইরিক অসি পুথোক্লবা হোৎনবিবগী তৌবিমল উৎচরি। অমুক্তা হন্না পণ্ডিত এনজি, কুলচন্দ্র সিংহনা কমিটিদা লাইরিক অসিগী কপি রাইট পিবিবগী হন্না ২ থাগৎচরি। ইতি —

তাং ৮। ৬। ৭৫ ইং

নোংমাইজিং

সম্পাদক

# লোয়য়ম্বা শিনয়েন



## লাইসারা ফমলোন

তাইবং পানবগি মপুবু খুরুম্না য়িচারককে লাইসারা ফমলোন ফমলুপ কৌবদি গুরুগি হকচাংদগী থোকললকপনে মিৎ য়েৎতগি মুন্নানিংথৌ থোকএ, নাকোং য়েত্তগী মোংবাহনবা থোকএ, ওই-দগী নাওকন থোকএ, নাতোন য়েৎতগি চাখাবা থোকএ, ওইদগী কৌবারেন থোকএ, য়াদগী খম্লাংবা থোকএ, ঈশিঙথোঙদগী লুরাং পুনশিবা থোকএ। পেং থোঙদগী মারচিং থোকএ খমলে।

অমাস্থ হাইগে গুরুগি মিং য়েৎতগি নোংমাইজিং থোকএ. ওইদগী নিংথৌকাবা থোকএ, নাকোং য়েৎতগি লৈপাকপোকপা থোকএ, ওইদগী য়ুমশাকৈশা থোকএ, নাতোন য়েৎতগি শাকোন-শেন থোকএ, ওইদগী ইরাই থোকএ, য়াদগী থাংজা থোকএ, খোয়দগী মতমবু থোকএ। পেং থোঙদগী তুবু থোকএ। উমং-লাই মাপল অসিদি পাখংবগি মরুপ নিংথৌ পোংবা তরা কৌবদি অসিনি মাপলমানা লৈবদি খুরাই লাকপদি লাইয়িংথৌ হনবানে। . রাংথৈরাকপদি মোংবা হনবানে।

পুত্রনবদি চাখাবানে, নোংথোনবদি খম্লাংবানে, খাইরাক-পদি নাওকননে, য়াইস্কুল লাকপদি মুন্না নিংথৌনে, অহললুপ

লাকপদি লুব্রাং পুনশিবানে, হিয়াংলোই হঞ্জবদি মারজিংনে, চোংখানবা হঞ্জবদি কৌবয়েননে লাই মাপল অসিনে।

পোইরৈ খুনফাংথৌ মাপলমাকী মকোকনে খুরাইদি লাইফমনে, রাংথৈদি থাবমনে। অসুম্না ইরেম থাবা নিংথৌ তরামাদি লুব্রাং শলাইনে, থামং থাব নিংথৌ তরামাদি খুমন শলাইনে রাংবা থাবা নিংথৌ তরামাদি অঙোমনে, শলাই পুন্নমকনা অহিং মুংথিল পুং চৎলকপগি রা হায়গে।

য়ুথক্কী মথৈ তানবদি থাবা ঙানবনা চৎলে য়ুথক্কী মথৈ পুংলুপ মাপল নোংয়াই তানবদি লুরাংনা চৎলে। নোংয়াই মতুং য়ুথক তানবদি পুং নিপালদি শরাং লৈশাংথেম্না চৎলে। য়ুথক মতুং নোংঙানবদি (পুং নিপালদি) হাওরোক কোনথৌচমন চৎলে অসুম্না শাগৈ মরিমা অসিন অহিং চৎলে। নোংঙাল্লকপ য়ুথক তানবা পুং নিপালনি। নিংথৌজানা চৎলে; য়ুথক্কী মথা পুং নিপালদি মোইরাংনা চৎলে, মুমিৎ য়ুংবগি মথৈ পুং নিপাল তাবদি অঙোমনা চৎলে। য়ুথক্কি মথৈ পুং নিপাল য়াচং পুং তানবদি খুমন্না চৎলে, অহিং চৎপা শাগৈ মরিমাদি তানথোং ময়ুং কৌই। মুংথিল চৎপা শাগৈ মরিমাদি লেমথোং মকৈ কৌই অসিনে চেৎনা থংও। হৌজিক্কি ফমলোনগি রা হায়গে।

## মারহনগি খোংলুপ্তী

য়োয়লেনহনবদি লাইফমনে, মাইবাহনবদি থাফমনে, অনিমা অসিনে।

## পাথংবগি খোংলুপ্তী

পুখ্রনবাদি লাইফমনে; নোংথোনবাদি খাকমনে, কৈরুং-পানে, সেললুংবানে মরিমানে।

## পোইরৈতোনগি খোংলুপ্তী

অশৈহনবা, থাংসুহনবা অনিমাদি লাইফমনে. খুংবৈবা হন-জবাদি লাইফমনে, হিচাবা হনবদি লাইফমনে, কোনশাবা হনবাদি খাফমনে, থাংসা হনবদি লাইফমনে, তরুকমাসিনে নোংমোইসুগী খোংলুপ্তী ওক্রনবাদি লাইফমনে, কৈক্রনহনবদি খাকমনে, অশৈ-হনবদি লাইফমনে, সংলিংএ অহুমমা অসিনে।

## য়োয়মোংবগি খোংলুপ্তী

নাকপক হনচাবা, নাকপকলাকপা অনিমাদি খাকমনে, কৈরোইগা য়েনবৈএ শংলিংএ নাকপক্কা অনি অসিবুনে খংও ॥

## য়াওরৈ থুনকামগি খোংলুপ্তী

ইরাং লাংবা হনচাবদি খাকমনে সংলিএ।

## মৈদিংগু নাওফংবগি খোংলুপ্তী

হিয়াংলোই হনজাবনে সংলেন লাকপানে অনিমাদি লাই-ফমনে, শংলেনলাকপা অমানে চোংখানবা হনচাবা অমানে অনিমাদি খাবমনে। লৈচোন লাকপাদি লাইফমনে, মঙামা অসিনে।

## মৈদিংগু বুরা কোম্বোবগি খোংলুপ্তা

সাকোনসেনবা হনচাবাদি খাকমনে সংলিংএ।

## মৈদিঙঙু নিংথৌখোম্বগি খোংলুপ্তী

হুইক্রুহনবদি থাকমনে।

## মৈদিঙঙু হেমতো য়িবাল থাবগি খোংলুপ্তী

অসি মাঙাইএ।

## মৈদিঙঙু লোয়য়ুম্বগি খোংলুপ্তী

লূপ তরুকমা থাইয়ে, সেললোই লুপ্তী কোংচালুপনে কোংবসনা লুপমা চিংএ, লংমাইলুপ্তী থৌচালুপনে লংমাইথেম্না লুপমা চিংএ।

অঙৌবা লুপ্তী অঙোম্ন চিংএ, লুপলেন লুপ্তী লৈচোন লাকপনা তোকোংখেৎম্বনা লুপমা চিংএ, চিংচালুপনে; খুরাই লুপ্তী লোবখুবালুপনে, খুরাইনা লুপমা চিংএ। খুরাই রাৎ'ল থাইচানে থাইচা লুপচা হুই লৈরোং পাম্বানা লুপমা চিংএ। লুপ তরকমা অসিনা পানা পাম্বোম ওয়দুনা লৈপাক ঙাকএ।

## মৈদিঙঙু খুমোম্বগি খোংলুপ্তী

ফয়চাবা হন্‌বদি থাকমনে সংলিংএ।

## মৈদিঙঙু তেলহৈবগি খোংলুপ্তী

তেনম্ন হন্‌বাদি লাইফমনে সংলিংএ।

## মৈদিঙঙু নিংথৌখোম্বগি খোংলুপ্তী

নাইখুলাকপা, নাইফ্রাকপানে অনিদি থাবমনে সংলিংএ।

## মৈদিঙঙু ক্যাম্বগি খোংলুপ্তী

রাংখৈরাকপা য়াইস্কুল লাকপা অনিদি থাফমনে, খুরাই-রাকপানে, খ্বাইরাকপনে অনিদি লাইফমনে। শামু হঞ্জবনে অচালবানে অনিস্সুং লাইফমনে অচানবিদি থাকমনে সঙলিংএ, অহল্লুপ শঙলেন্, নাহারুপ সঙলেন অনিমা লিংএ।

## মৈদিঙঙু লমকাইঙম্বগি খোংলুপ্তী

চুইরোই হঞ্জবদি থাফমনে।

## মৈদিঙঙু খাগেম্বগি খোংলুপ্তী

তোলাইরোই হঞ্জবদি থাফমনে, থাফম শঙলেন, লাইফম শঙলেন, সঙখুবা মরিমা লিংখৎলে। লাইরিক য়েংবা হনজবদি হান্ন লৈরমদে। খেত্রি হঞ্জবসু হাপ্পুনা লাইফমদ ইলহললে শঙ পুন্নমকসু লিংখৎলে।

## মৈদিঙঙু খুঞ্জাওবগি খোংলুপ্তী

লমরৈ লাকপদি লাইফমনে।

## মৈদিঙঙু পাইখোম্বগি খোংলুপ্তী

পাৎচহনবনে, ফমদো ফমলুপ লুপলাকপা ফম পুন্নামকসুং হাপই।

## মৈদিঙঙু গরিবনিবাজ

মহারাজময়াং ঙম্বগি খোংলুপ্তী তেনসু হনবদি অহলল্লুপ্নে অমু খুল্লাকপদি থাফমনে খুন্তোং লাকপদি লাইফমনে চিংসু

হনবদি খাফমনে, ফমথকচা লাইরেনলাকপদি লাইফমনে, ইমিংলোই হনচাবা, অমেৎপা হনচাবা অনিমাদি খাফমনে।

খোংপুপ্তী যুবরাজ, মন্ত্রি, সেনাপতি, কতরান, পানা হাজারি মরিমা হিদাক ফানবা হঞ্জবা, পোৎশংবা হঞ্জবা চাংগম নিংথৌ, হিরুহনবা, হিনাউহনবা, লম্বোং হনবা অসিদি হাপ্লসি হায়না হাপলময়ে। লিংখৎলম্বা শঙফমদি চৈরাপ, কৈরুংবা য়াইরেকশঙ, হিদাক ফানবা সঙলেন, পোৎশঙবা শঙলাংমৈ, নিংথৌ সেনবা, য়াইরেকশঙ, লামমি য়াইরেকশঙ তালয়েবা লোয়শঙ, কৈবি চিঙলাই দোলাই পাবা, পশোৎ শাবা, য়িনুং-লোই, সঙপান্‌বা পুম্নমক অরাৎপা য়েংদুনা লিঙখৎলমএ। শঙ পানবা পুম্নমক্কি রায়েল তৌই।

য়োইরেন, অশৈ, অমাই, মাইবা লোইশঙ অহুম্মা অসিদি মৈ, ইশিং মুংশিৎ অহুম্মা পুরিবা লোইশঙনে তিল্লম লাইরম ফুলগদবনে, তিলহৈদে লাইফম, খাফম অনিমাদি নাইচা কৌই। পোইরৈ খুনকাংথৌ কৌবদি লাইফম খাফমু কৌই। রাংঙম নাইকাংথৌ কৌবদি অহল্লুপ নাহারূপপু কৌই। চৈরাপ রায়েন-ফমদগী ফমতৌ কৌবদি খুল্লাকফম অয়াম্বাবু ফমদৌ হায়না কৌথিয়ে। নিংথৌ কৌবদি অঙোমনা চিংবা কৌয়ে। অসিবু ফমদৌ নিংথৌ হায়না কৌই। ইরম 'কৌবদি তুরেল মপাল তুসাং তাববু কৌই। খোইরম কৌবদি পাৎপান্দা তাববু খোইরম হায়না কৌই। অহুম্মা ইরম, খোইরমগি রাবু খাইনা থৌতিক থৌতা পিদুনা শিম্থায়ে মাগি মাগি থৌরম ওন্নফদেয়ে অসি য়েংনা থৌপিগদবনে খঙও॥

কৈচা কৌবদি ফোপোৎ কুন্থ্রা তানবা কৈচা কৌই।

কৈলোইগী বানে — লোইচা কৌবদি ইরমকৈ ফোপোৎ তরানিপাল তান-ববু লোইচা কৌই। ইরমু ইঙৌ কৌই। খোইরমু ইমু কৌই। অমসুং কৈগা লোইগা অনিমানা কারকচবদি সিন পান্নাবদা হায়জদনা ময়াম্মা অদুনা নিংথৌদা হঙংচদনা রা হাইগনি। লোইগা কৈগা অনিমাদি নিংথৌগা উনফদে কৈগা লোইগা অনিমাদি লুগুন থাংহৈদে হিদাকফু তোংজে লুপা য়োম্বা থকহৈদে, কি অরিবা য়িলহৈদে।

নিংথৌ শেন্‌বগী — পিবাগা মথংগা অনিমানা সেনগদবনে। তাৎ কত্তবনা খুতেংশেননাক লানফারোই। অঙম্বনা কৌশিন্দন চংফদে। চংহিকলাবাসুং নিংথৌনা রা হংদানা রাকৎফদে চহি কুন্থ্রা সুদবনা কম নাইহৈদে মাং তুং খঙবা রাৎলে, মিসুং মাসুং মানাএ মাগি মাগি শঙলাক কৈরুংনা মসিদি মতিক ওইরে হায়বদুনা নিংথৌদা কৎলারাবা মী অদুদবু নিংথৌনা মকম হাপপিয়ে। নিংথৌনা কোমুং মপুংদ লৈমিন্নগদবদি য়োইবু য়োইহৈগা, হাও মচাগা লৈমিন্নগদবনে। সুমিৎ কুননিদা, থা অমদা নিংথৌগা অঙম্বাগা রা তান্নগদবনে। লানগি মথৈ কম্লাইক-রোইয়ে। নোংচুপ নোংপোকি মীনা সনা মহি, পাখংবা লাই অয়াম্বাবু চঙকরোইয়ে, মাইবা লোইশঙ অহুমমাসুং খনফদেয়ে, দোলাই পাবানা নিংথৌগী সঙ্গাইদা চঙফদেয়ে। দোলাই

পিরম্বা ফমলুপ্তি পুথ্রম্বা, নোংথোনবা, লৈকায় লাকপা মরি। পানা লাকপা মরি, মন্ত্রি, সেনাপতি, কতুরান, শঙলাকপা মরি কৈরুংবা অহল মরি, সঙস্নু সঙলাকপা মরি, পানা হাজারি মরি, কৈদা হঞ্জবা থাংসা হঞ্জবা, থ ঙবন চারবামি দোলাইরোই হঞ্জবা ৩৩। লোইদাগি দোলাই পিবদি চোথে থুম্লাকপা মাদি মোংশাংকৈ ফাওবা তোংএ।. মোইরাং থুম্লাকপা লুপ্লাকপদি লাংপোক ফাওবা পিয়ে। লৈকায়রাকপা মরিমা পুথ্রনবা, নোংথোনবা, মন্ত্রি, সেনাপতি পাচাহনবা, কতুরান কৈদা হঞ্জবা পানা শঙলাকপা মরিমা অসিদি কাশেন পুমনাল্ খুদৈশেন ফিদা মথা, ফিবোং চামিবা লেংবান্দ য়ান্দুনা পুইয়ে। ক শেন খুদোং পুইয়ে। পাৎচাহনবগি খুদৈশেন কাশেনদি লোই মুপি নিঙঙোলবিনা পুইয়ে। কুমমৈ ফিয়োং থোক্লবদি লোই মুপিনা লময়িনলে. শঙলেন লাকপা মরিমা কৈরুংবা মরি, পানা হাজারি মরি নাইথু শঙ্লাকপ মরি তরা তরূক অসিদি ফিদা মথা অশঙবা কাশেন নাপানবা থাউপোৎ নমদানা ঙক্না য়ান্দুনা পুইয়ে। নিংথৌনা পিবাদি মনিং তৌই। ফুঙ্গা নাইনা পানা ফম নাইফাদে।. নোকুল থাঙ্গদবদি পিবাদা থাঙ্গনি। পাবোৎপুনা শেন তানদে। ঙাপন্ নাইয়ে; থোঙ্গা থুৎকা তম্বা কৌ শৌরাই পেং তেংগোৎ অমা কৎলে। নিংথৌগী মমাঙদা সারুংবা শগোল তোংবা নত্তুনা শগোল তোংফদে।

খুনচা খিবেকপা

নাইচা অপানবা মিংথৌ পোংবা তরামা চাবোন লোই মাপলম কৈরোই লাকপা তরামানে। ৱারম অমসুং হায়গে। শান্তিদাস গুরুনা থোকলক্লবা অতুগি মখৈদি লৈবাকি গুরু খোংনাং থাবনচিংব পণ্ডিত অছম্মাদি মাইবা লোইশঙ অছম্মাদা থৈজিনখিরে।

অমসুং হায়গে হঞ্জব ফমদি কৈদা হঞ্জবনা হললি থোঙঙা-রেনগি ফমনে, পাখংলাকপদি পাখংবনা লোইরেন্দ রাকাঙৈগি ফমনে।

সিংগুবগী মশিল

পাখংবনা কুচুদ ফমলবদ পুরৈরোম্বনা সিংথাএ। অতুগী থোকলকএ পুরৈরোম্বগী ফম্বিনে হিরু হনবা, হিনাউ হনবা অনিমাদি য়োইমোংবা, তাওথিংমাং অনিমাগি ফমলুপনে।

ৱারম অমসুং হায়গে লাইয়িংথৌ পাখংবগি ফমলুপ পরেং অহানবদি অঙোম নিংথোনা লাংচৈ ফমই। অহল্লুপ লাইফম অনিমাদি অঙোম নিংথোনা লাংচৈ ফম্লগা, য়েৎতা পুপ্রম্বা, খুয়া-ইরাকপা, খ্বাইরাকপা, হিয়াংলোই হঞ্জবা, সঙলেন লাকপা, থাঙসু হনবা তেনসু হনবা, লমরৈরাকপা, য়েনজ্রেন হনবা, লৈচোন লাকপা, খুনতোং লাকপা লাইরেন লাকপা, অচ্রনবা, ইরাৎ লাকপা, ওক্রন হনবা, য়োইরেন্ হনবা, অশৈহনবা, ফমথকচা শিননাইবা হনবা, সগোন হঞ্জবা, থাংসা হনবা, খুৎহৈবা হনজবা, অমেৎপা হঞ্জবা তোলাইরোই হঞ্জবা, নাহারূপ, খাফম অনিমাদি

নোংথোনবা, খাংখৈরাকপা, য়াইস্কুল লাকপা, চোঙথানবা হঞ্জবা, নাহারূপ সঙলেন লাকপা, চিংসুহনবা, অমু খুল্লাকপা, হুইত্রোই হনবা, কৈক্রন হনবা, নাকপ্‌লাকপা, য়্বিলেলাই হনবা, অচ্‌নবি, মাইবা হনবা, শামু হঞ্জবা, শগোল হঞ্জবা, হিচাবা হঞ্জবা, নাইক্রাকপা, নাইথু লাকপা, অয়েকপা হঞ্জবা, মোইফেংবা হঞ্জবা, অহৈবা হঞ্জবা, ফিশাবা হঞ্জবা কমলুপতি অসিনে। লুপলাকপা কমদি খুল্লাকপা কমগি মতুং ইল্লি।

---

## মৈদিঙঙু গরিবনিবাজগী

স্না হাকথক্না শিল্লম্বা চৈরাপকি কমদি অঙৌ পানবনা লাংচৈ কমই। য়েৎতা খুরাই লাকপা, মন্ত্রি পুখ্রনবা খুরাই-রাকপা, লাইফম লাকপা, অহল্লুপ লাকপা, হিয়াংলোই হঞ্জবা, শঙলেন লাকপা, লাইফম কৈরুংহল্‌বা অহল্লুপ কৈরুংবাহল, লাইরিক য়েংবা হঞ্জবা, খেত্রি হঞ্জবা, থাঙসু হলবা, তেলসু হলবা, লমলৈরাকপা, য়েন্দ্রেনহনবা, লৈচোন লাকপা, খুস্তোং লাকপা, লাইরেন লাকপা, অচ্‌নবা, য়িরাৎ লাকপা, ওক্রেন হনবা, য়োই-রেন হনবা, অশৈ হনবা কমথকচা, নাকপ লাকপা, থাঙসা হনবা, উশাবা খুন্‌লাকপা সিনাইবা হনবা, শগোল হঞ্জবা, খুংহৈবা হঞ্জবা, অমেৎপা হঞ্জবা, দোলাইরোই হঞ্জবা, নাহারূপ থাকমনা ওয়দা কমই। খাংখৈরাকপা, সেনাপতি, নোংথোন্‌বা, য়াইস্কুল লাকপা, কত্তবান, থাবম লাকপা, নাহারূপ লাকপা, চোঙথানবা

হঞ্জবা, নাহারূপ শঙলেন লাকপা, খাবম কৈরুংবাহন, নাহারূপ কৈরুংহনবা. চাংগম নিংথৌ. চিঙস্থ হলবা, উমু খুল্লাকপা ছুইত্রোন হনবা, কৈক্রন হনবা, নাকপলাকপা, য়িমিংলোই হঞ্জবা, অচ্রনবি, মাইবা হনব', শামু হঞ্জবা, শগোল হঞ্জবা, নাইক্রাকপা নাইথুয়াকপা অয়েকপা হঞ্জবা হিচাবা হঞ্জবা মোইকেংবা হঞ্জবা, অহৈবা হঞ্জবা, ছুইরোই হঞ্জবা, উমুংতা খুল্লাকপা, ফুরিৎশাবা খুল্লাকপা, ফিশাবা হলবা, অসিনে।

লুপলাকফমগী মশিল

অহল্লুপ লাইফমগি খুরাই হিদং, খ্বাই হিদং, পুখ্রন হিদং, থাঙস্থ হিদং, তেলস্থ হিদং, লেমলৈ হিদং, য়েন্দ্রেন হিদং, লৈচোন হিদং, খুন্তোং হিদং, লাই-য়েল হিদং, ওক্রন হিদং, য়িরাৎ হিদং, কমথকচা হিদং অসিনে। নাহারূপ, খাফমগি বাংথৈ হিদং, য়াইস্থল হিদং, নোংথোল হিদং অমু হিদং, চুঙস্থ হিদং, নাকপ হিদং, ছুইত্রোন হিদং, কৈক্রন হিদং, নাকপক হিদং, য়িমিংলোই হিদং, নাইক্রাক হিদং, ছুই-রোই হিদং, নাইথু হিদং অসিদি খুল্লাকফমগ মতুং য়িনবনে।

পুংলুপকী বা

পুঙ ১২ মা কৌবদি—পুখ্রনবা, নোংথোনবা, লৈকাই লাকপা মরিমা তরুকমানা পুঙ তরুক পুখরে। পুঙ হুম্ফু তরুকনা তাইরে। কমদৌ অপালবা লাই মঙামানা অমরক পুংলুপখরে। হৌজিক্তি পুঙ হুম্ফুমাথোইনা মপান্দা চৎনরিবনে। অসিনা হুম্ফুমাথোইনা কমদৌ হুম্ফু মরি হায়বনে তিল লাই তৌবদি য়াদে। পুঙ হুম্ফুতরানিথোইমানা মপুংদা লাইনা পুহনা য়ৌরি। পুঙ হুম্ফুতরানিথোইনা

লাইশোল ওয়না শোয়রিএ। মী পোংগি পুঙলুপ্পা অমনে; তিল লাইগি পুঙচৎনা অমানে, মানু'দা লুপ্‌পা পুঙদি খঙদে, মপান্দা পুঙ হুক্ষ্‌ মরিনা চৎতুনা থা তরানিথোইমাদি কায়দে অসিনা চহি তরুক্কী মমু'দা থা অমা হেল্লবানে মুমিৎ থাদি লে'দে চপ লেপলে।

কৈরোই লাকপা পুরেন ওয়য়ে নিংথৌনা কুমঙ্গ-ফমদৌ খুল্লাক বগা শঙ শায়ে, ইথৈ লোথোঙ শেমএ, কাকশঙ ফমগী মশিল শয়ে, কাইরমশঙ শায়ে, পললুং পুরেন ওয়য়ে, লিল্লোংদগি শেকমাই ফ'ওবা ইথিং পনথি'য়ে। মপান্দা হৌবা উ অচৌবা, রা অচৌবা য়েংএ, লোইয়ারমদগী মোইরাং ফাওবা অচৌবা উ, রা য়েংই। কয়রোইদা থাঙনা তানা শোকপদি মুকনা তেং কোক শোকপদি চৈরাপকিনে, থাঙনা তানা শোক-পদি নিংথৌগীনে, শিংশানা, উরো'না শোকপদি তোলাই-পাবাগিনে. লুপলাকফম্না তৌগদবা সিন্দি ফমদৌনা সিনহনে, নাইগী কাংকৎ লৌই। নিংথৌদা শেন লিশিং অমা কৎলে। ফমতানা মঙা লৌই। শামুল থৌই। চৈরাপ চাকচানে লৈপাক রাথোকলবগা কৈরোইনা মৈরিংই, মিৎশেনগী শিঙ থাংই। মেরা থাউমৈ রা কৎলে। নিংথৌনা লমথোক্লবদি থৌগল ম্লিনবা, অঙম্বানা অচুপ কৎনায়ে, কৈরোইনা চাকসি কৎলে, য়াইরেক্লা চৎলবদি শঙলাক কৈরুংনা য়োকলেন ওয়ই লয়কায়না সিঙ খাঙডে, কম্মাং সিঙদি অঙম্বনা খাঙই। কৈপাউ, লান-পাউদি লানমি য়াইরেক সঙনা তমই। লামমি কৈরুংবনা

য়াইরেকশঙদা তমই, কৈরুংবনা চৈরাপ্তা তমই, চৈরাপ্না নিংথোদা কৎলে।

## চিঙথংখোম্বা

স্না হাকথক্তা হাপলম্বা ফমলুপ পাচাহন্‌বা, মহারাজনা তেখাউদগী হল্লক্লবদা রাজখ্বা অমা হাপ্তনা চৈরাপ্তা লৈকাইরাকপা মরিগা ফমভিম্লনা ফমহল্লে, সঙলেন মরিমা সঙখুবা মরি মানা লোয়্যিল নিপাল পিয়ে, লাইরিক য়েংবা হঞ্জবা, খেত্রি হঞ্জবা অসি হাপলমদ্রবদগী লাইরিক য়েংবা হঞ্জবা হাপ্তনা চৈরাপ্তা ফমহল্লি, খেত্রিবু হিদং ওইহল্লি চৈরাপ্তা ফমহল্লি, পাংঙনবু কাজি হাপই, তখেল, ময়াং সঙ লিঙখৎলে। মাহারাজনা মোরাল নাবা হল্লক্লবদা সঙলেন মরিমাগী শঙ্গোইবা হঞ্জবা হিদং হাপই। হান্নদি য়াইরেকশঙদা শঙ্গোইবা হঞ্জবা কোনা ফমহল্লমই। অদুদি লাল্লুপচিংবা কৌহৌরে, তেখল লোইশঙ লিংই। হাজারি, সতরান পাললে, সঙপানবা পুম্নমকস্থ লিংখৎলে. দোবা হঞ্জবা নাপেৎ হঞ্জবা হাপই, লৌরুং পুরেন. সল্লুং পুরেন, থুমচাউ পুরেন, থাংসা পুরেন, উরুং পুরেন পুম্নমক হাপলে. চৈরাপকি ফমলুপ পরেংদি অঙৌপানবনা লাংচৈ ফমই। গুরু পণ্ডিততি লাইনে। অহল্লুপ লাইফমদি অঙৌপানবনা লাংচৈ ফমই। য়েক্তা খুরাই লাকপা, মন্ত্রি, পুখ্রনবা, খাইরাকপা, লাইফম লাকপা অহল্লুপ লাকপা, হিয়াংলোই হঞ্জবা লাইরেললাকপা লাইফম কৈরুংবাহল অহল্লুপ কৈরুংবাহল, লাইরিক য়েংবা হঞ্জবা, থাংসুহলবা, তেলস্থ

হনবা, লমলৈরাকপা, য়েলত্রেন হনবা, লৈচোন লাকপা. খূলতোং লাকপা, লাইবেনলাকপা. অচ্নবা, ইরাৎ লাৎপা, ওক্রেন হনবা য়োইবেন হলবা, অশৈহনবা, ফমথকচা, নাকপলাকপা, থাংসা-হলবা. সিনাইথাহলবা শগোল হঞ্জবা. খুৎহৈবা হঞ্জবা মেৎপা-হঞ্জবা. দোলাইরোই হঞ্জবা. উশাবা খুল্লাকপা, নাহারুপ থাকম্বা ওয়দ ফমই। রাংথৈরাকপা, সেনাপতি, নোং-রাজ-খ্বা, নোংথোনবা য়াইস্কুল লাকপা, কতয়ান, থাকম লাকপা, নাহারূপ লাকপা, চোঙখানবা হঞ্জবা ; শঙলেন লাকপা, থাকম কৈরুংবাহল নাহরূপ কৈরুংবাহল. চাংগম নিংথৌ. চুঙস্থু হলবা, উমু খুল্লাকপা, হুই-ত্রোইহলবা, কৈক্রনহলবা, নাকপ লাকপা, ইমিংলোই হঞ্জবা, অচ্খী, মাইবহনবা, শামুহঞ্জবা. শগোল হঞ্জবা, হিচাবা হলচবা, নাইফ্রাকপা, লাইখুরাকপা, অয়েকপা হঞ্জবা, মোইফেংবা হঞ্জবা, অশৈবা হঞ্জবা, কোনশাবা হলচবা, হুইরেই হঞ্জবা, ফিশাবা হঞ্জবা, উমুংতা খুল্লাকপা, ফুরিৎ শাবা খুল্লাকপা অসিনে।

ফমগী বা

হৌজিক্কি রারম অমা হায়গে ফম্ ফমগী বা হায়গে অঙোম নিংথৌ খুরাই লাকপা, রাংথৈ-রাকপা, পুখ্রনবা, নোংথোনবা, খুরাইলাকপা, মন্ত্রি. সেনাপতি. য়াইস্কুল লাকপা, রাজখ্বা, কতয়ান, শঙলাকপা মরি, পাচাহলবা, পণ্ডিত অমা, সঙলেন লাকপা মরি অসিদি কিদা মথা কৈনা থাবা কিবোং অঙোবা খুদৈশেন ক্বাশেন থাবনে। ফমদো খুললাকপা ফম নিপালমাদি কিদা মথা য়ুংনা থাবা

ফিবোং অঙোবা, কাশেন থাবনে, কমদৌ কমলুপ পুন্নমাদি ফিবোং অৱাংবা কাশেন নাপানবা, পানা হাজারি মরিমা কৈরুংবা-অহল মরিনে, শেল্লুংবাহল মরিমা, সংখুবাহঞ্জবা মরিমা ফিদা মখা কৈনা থারে। ফিবোং অঙোবা, কাশেন থায়ে, শেল্লুংবা নাহা মরি, কৈরুংবা নাহা মরি, লৈমানাই সেল্লুংব মরিমাসুং অসিদি ফিবোং অঙাংবা কাশেন নাপানবা থায়ে, লৈপাক্কী সঙ পানবা পুন্নমাসুং খুল্লাকপকম পুন্নামাসুং ফিবোং হিগোক সঙবা, কাশেন নাপানবা থায়ে।

**দোলাই তোংবা**

হৌজিক্কি দোলাই তোংবা পে খোঙশাংবা থানবা হায়গে। অঙোম নিংথৌ খুরাই লাকপ, রাংখৈরাকপা পুপ্রনবা, নোংথোনবা, খাইরাকপা, য়াইস্কুল লাকপা, সঙলাকপা মরি মন্ত্রি, সেনাপতি রাজখা, কতরান, শঙলেন লাকপা মরিমা, পাৎচাওনবা পণ্ডিত অহুমমা নিংথৌ মচা কম ওইসে হায়না লিংখৎলম্বা, দোলাইরোই হঞ্জবা, শামু হঞ্জবা, শগোল হঞ্জবা অহুম্মানে, শঙখুবা শঙলাকপা মরিমা, কমদৌ নিপালমা, পানা হাজারি মরি, কৈরুংবাহল মরি, সেল্লুংবাহল মরি, কৈডা হঞ্জবা, হিদাক কানবা হঞ্জবা, পোৎশঙবা হঞ্জবা সুপ্না য়াখৈ হুমদোইমা অসিদি দোলাই তোংবা, পেখোকশাংবা থানবনে, কম অয়াম্বদি খুদোং পে থালগে। নিংথৌনা পিবদি মনিংনে, মাঙ্ তুংগী রারম পুন্নমা অসিবু কায়দনা তৌও থঙজো।

## শ্রীযুক্ত ময়ুংঙু ভালোক বাইরং পাময়েবা

মসি হাকথক্তা দেরান হাপ্পুনা চৈরাপ্তা ফম্হল্ময়ে, শঙশায়োই শঙম্ব লিঙখৎলে।

## লোয়ৈয়ম্বা শিনয়েন

লাইবু খুরুম্বা য়িচারককে, পাখংবনা লয়মুংদগি মুঙ্মু তোংডুনা তাইপঙ্পালতা কাওনা মুঙকাঙকুম লঙখৎলক্লে, হায়বগি লঙমাইচিঙ্ কৌই। তাইপঙপানবা অসিবু হেলবা অমা লৈতে হায়না সেললোই হায়বগি সেললোই লঙমাইচিঙ কৌই। তাকুপ তারেঙয়ে হায়বগিবু শেললোয় তাকুপচিঙ, লঙমাই তারংচিঙ কৌয়ে। মসি য়াওকি মাশক মাললি হায়বগি সেললোই মসি হৈয়াইচিঙ কৌয়ে। ময়, য়িশিঙ, নোঙশিং য়াবা কোঙ্খাঙ, হুমলেল, হামলেন অসি খৈপিকপু মুমিৎনা পুয়ে, মাশেক খিচিকতা হায়রম্বনে। মুমিৎ থাগি য়ুম মাপলমাগি মতিকপু হায়দনা ঙমলোইয়ে লাইরিক য়ান্নগনি হায়দনা খিজিকতা সৃপ্ন হায়লমপানে।

হৌজিক্তি বারম অমসুং হায়গে হে থাংজিং নাখোয়দা হৌপা বু শিদবা নমিংদি সোইউরেন কেঙনাইপা কৌই। হে খানা চাওবা নখোয়তা হৌবা বু সিদাবা মমিংদি সোইবুরেন খোম্বা কৌই। হে চিঙথৈ নখোয়দোদা হৌবা বু সিদবা মমিংদি শোয়-বৃন্নেন ভরংসং কৌই। হে কৌব্রু নখোয়দোদা হৌবা বু শিদবা

নমিংদি সোইরুরেন সুপ্লাইবা কৌই। হে থা নখোয়দা হৌবা রু সিদবা মমিংদি শোয়রুরেন মচিবা কৌই। হে সুমিৎ নখোয়দা হৌবা রুসিদবা মমিংদি শোয়রুরেন লংপা কৌই। হে শক্তিক নখোয়দা হৌবা উ সিদবা মমিংদি থুপ পি লৈশংমু লাংয়োম কৌই। রা পূন্সি রুন অসিদি লুরাং নিংথৌ পুনশিবনা ময়দিঙঙু নাওকংবা শাগৈরাং; কোনথৌবা. নাওথিংখোং মরিমাদা শিন্নরম্বা রানে। রারী অসি খঙলবদি নিংথৌ ফম্বাল কুইনা পালসে। রারী অসিবু ময়দিঙঙু নাওগিংখোংদা মঙাং গুকনা হৌবা অসিবু লাইম্নিংথৌ লোইয়ম্নদনা খঙত্রনা অমরক চন্না হৌরম্বা রাবু হায়গে কুমশিং শিশিং চাম্মা কুম্ত্রনিথোয় সুবদা লাইম্নিংথৌ লোয়য়াম্বনা লুপ তরুকমা খায়ত্রনা ফমাথৌ ফমলুপ হাপয়ে যুম্নাক সিলতা য়েললম্বা, উমং লাই মাপলমাগি মাইবা মশিল য়েললম্বা, মাইবি মশিল পিরম্বা. তিললাৎ লাইরাৎ মশিল খয়বিকপু হায়রক্কে। লাংশঙদ ফমত্রনা লাইম্নিংথৌ লোয়ম্বানা হায়য়ে যুম্নাক নঙগি নশিল হায়গে। থিঙকুচম নঙদি মুঙফি শা-ও; লাইরেল্লাকপম নঙদি লাইফি শা-ও, কাম্বাম নঙদি রানা কাতংফি শা-ও চকপা থিয়াম নঙদি লাইফি তোংকাপ শা-ও, চকপালমপম নঙদি ফিরেল শা-ও, কোংপচম নঙদি লংতোমফি শা-ও থোংকাপম নঙদি মাইরোংফি শা-ও, থূমললম্বম নংদি চামি ফি শা-ও, হাওখোম নঙদি তোংকাপ ফি শা-ও লাইগ্রামপম নংদি শারোং ফি শা-ও. শলচিরাম নংদি লৈরুম শা-ও, রাহেংবম নংদি দোলাই কুপফি শা-ও. কবাচম নংদি দোলাই থানাফি শা-ও, অপূচম নংদি

ফিরোই ফি শা-ও, হাওদৈজম নঙদি হৈকোয় ফি শা ও, থোই-তিংচম নঙদি সিংখল ফি শা-ও, থোংপম নঙদি লাইয়েকফি শা-ও, কোংবম নঙদি প্রুম ফি শা-ও, চিঙঙাখলপম নঙদি ফাকং ফি শা-ও, থৌতাম নঙদি তরাউ ফি শা-ও, থিনপম নঙদি পুমথিৎ ফি শা-ও। তাইপঙচম নঙদি ফিমু য়েকপাসুং ফি শা-ও, মমলেনপম নঙদি নোংফি শা-ও রোকথিয়ামপম নঙদি খুসুং মুসম ফি শা-ও, খোইরিস্রম্বম নঙদি খুসুং চুমখন ফি শা-ও। মুম্বাকসংপম মুম্বাম নঙদি চিঙখোঙফি ফিমু শা-ও, খোইসনাম নঙদি ফিমু লালফি শা-ও, সিংখাংবম নঙদি খুসুং মাথং ফিপু শা-ও চিংখ্রামপম নঙদি কারৌ ফি ফিঙাং শা-ও রাংপাচম নঙদি সঙমু লাংমুফি শা-ও, থাংকংশাপম নঙদি থাংলি শা-ও, সাকারামাবু শা ও, অহোংশাংবম নঙদি খুৎসু লিখোং লিবু লোনলো, চরৈ ফিশাবা নাওতম নঙদি ফিশাবা য়াংসু ফিশাবা চৈসু নাহা ফিশাবা, খোইরিয়ান ফিশাবা নখোয় মঙামাদি চরৈ নিংথৌফি শা-ও।

মচু শঙবগী বা — হায়গে :— লংশংবম, অকাংচমপম নঙদি লৈরেল খোইপাকলৈবু সঙও, লঙশঙবম চিংখ্রামপম নঙদি চিঙসাং মুয়ুমলৈবু সঙও, লংশঙবম য়িরোই-বম নঙদি তললা উরৈরোম মাকোং মৈরি মালববু সঙও। লংশঙবম ফিশাবা ঙানপা নাহা নঙদি লোইরং থাওচ লৈপু সঙও। লঙশংবম খুলমনথেমপম নঙদি হিকোক নানৌ লৈবু সঙও, লঙশংবম খুমুকচম নঙদি কুমলাং কুমপাল লৈবু শঙও,

লঙশংবম য়িপুশংবম নঙদি চিংয়া নাপু লৈবু শংও, তাউচিং হৈত্রোই লৈবু শংও, লঙশংবম ৱ্সিয়ামপম নঙদি ৱানা কাতাং মানবা শংলেন য়াইচু লৈবু শংও।

**লাইশঙগী বা**

খঙনবা হায়গে লাইয়িংথৌ অতোম য়োইরেনবদা। ঙানপা লঙশংবনা লৈতাদুনা হকরালথেম্না লোইয়ামবা সংখিয়ে, হৈরোম নঙদি মৈরৈমা শংও, ইরোম নঙদি খয়াংবা সংও. সেইয়াম নঙদি ৱ্শোই শংও, হিদাম নঙদি য়িথৈ সংও, শোইরেনশঙবম নঙদি সরারেন সংও। নিংতোলবম নঙদি ৱাংকোল সংও শরাংথেম, লৈশাংথেম অনিমা নঙদি লম্মাবি সংও, শরোৎখাইবম নঙদি ফৌওইবি শংও. পোৎশংবা নঙদি সংলাংমৈ সংও, খোইরাং পুথ্রম নঙদি কুচু সংও, অয়াম পুরোইচম নঙদি পুরোই লৈমা সংও, শৌপাম নঙদি মরাও লৈমা শংও, হৈস্নাম নঙদি পাম্তোইবী শংও, খোইসিনাম নঙদি পেতংঙা শংও, হোইতোলকোকপম নঙদি হোইতোল লাইরেম্মা শংও তাইবংচম নঙদি লাইখুরেম্বী শংও, কোনথৌচম নঙদি হুইমুরৈমা শংও, অশাংবম নঙদি লৈনাওতাবি শংও, চিংখাম নঙদি পুংথেল লৈমা শংও, অরাম্বম নঙদি শোবোন লৈমা শংও, য়েনখোম ফিশাবম নঙদি অৱাংবা শংও, লুৱাংশংবম নঙদি লুৱাং চিঙ শংও, সিনাম লাইশঙবম নঙদি লাইয়িংথৌহনবা শংও। মোইরাংথেম পুথেম নঙদি পুথিবা শংও, মংশাতাবম নঙদি পুরৈরোম্বা শংও লংমাইথেম নঙদি তেনলোংবা শংও, ঙারংয়ালপম নঙদি থোংঙাক শংও, নাকলবম নঙদি চিঙকোল নিংথৌ শংও, খুরাইচম নঙদি চিঙবাল

লৈমা শংও, মৈয়েংবম নঙদি য়াওরৈবী শংও, লৈশাংথেম নঙদি কোবয়েন শংও, য়েলখোম নঙদি চাখ'পা শংও, নিংথৌজম নঙদি গুমিৎ লৈমা শংও, পুকলবম নঙদি কোপারু শংও, চেংলৈ লাইশংবম নঙদি মারাচিং শংও, মোইরাংথেম নঙদি মোইরাং ককতোম অরিবা শংও কাংপুচম নঙদি হোংনেম য়োইখুঞাউবু শংও, চিঙাখংবম নঙদি চিঙঙা শংও, লোংচম খৈরোইচম নঙদি লাংচিং শংও. তেকচম নঙদি লাংকোল শংও। লংমাই য়ুম্মাথেং নঙদি লংমাইচিঙ শংও, নিংথৌজম নঙদি চিঙঙা লৈমা শংও. হয়থৌ খোঙতেকচম নঙদি হৈপোক শংও চিংখাপম নঙদি লাইচিং হিয়াংথৌ লৈমা শংও, থাওপিচম নঙদি য়ুমচাও লাইরেম্মা শংও।

য়ুয়াক মতুংইনবা মাইবগী মশিল

হৌজিক্কি মাইবগী মশিল হায়বগে, অশৈবম নঙদি খোংজামও, অরাম্বম নঙদি য়িরুও, লৈরোংচম নঙদি লৈকললো. তোইবিচম নঙদি থরাউচি খোংও, অরূপম নঙদি অশেং অকতোও, লৌরেম্বম নঙদি য়ুমচাও চেঙ কাপও, সিনাইপা নঙদি লৈরেন লৈচাও শাও, কোনশাপম নঙদি লোললৈ লুথক শাও, অহৈপম নঙদি পূথম নাতি হৈও, হিশাপা নঙদি কানশাং লৈমাই শা-ও থাঙশাপম নঙদি থাং শাও, খৈরোইজম নঙদি লপত্রে য়ানলো, মোইচেম্বম নঙদি মোইরিক শা-ও, লোখাম নঙদি মৈপা চিঙও, মোইরাংথেম নঙদি কিরি খোংশাং লাৎলো. মাইমুরাম নঙদি মাইমু তোমশোল লাৎলো. তাইপঙচম নঙদি অতাই পুরি

থোকও, মাইবা থিয়াম নঙদি শিংখাই হুললো, মঙ চঙও, লৌশি নাহাকপম নঙদি মৈবা চিংও, খুনথোৗবম নাহাকপম নঙস্থ মৈবা চিংও, মৈহৌবম নঙদি মৈহৌও, মৈফুরাম নঙদি মৈকামও, নাওকল সংপম নঙদি নাওশংও, অপুচম নঙদি নাওফম পুও, তোকপম নঙদি লৈপাক তৌও তোকপুরম থাং শাবম নংদি লৈথোলও, তৌরেম নংদি অয়াং তৌরাংও, নাও-রোইপম নংদি অঙাং লৌও। লৈশাংথেম নঙদি অয়াং লমকুমও, পুকয়ু হৌপম নংদি চুমিলও, রাংখেম লোংচম নঙদি লোঙ পায়ও, ঙাথেম নংদি ঙামি কৌও, লাংকোলচমপা নংদি মা'চিও লাংতেম নংদি লালচৈ হুললো, লাংকস্বম নংদি লালচৈ য়ালও, থোকপম নঙদি থোংকা থিংও, লাইতোনচম নঙদি অয়াং চংও, শিঙখাঙপম নংস্থং সিঙ খাঙও, অতোম নংদি শারৈ থেমও, য়ুরুংবম নংদি লাল হোইও, ময়াংলমপম নংদি সামি কৌও, খুমললমপম নংদি সায়া কোৎ চংও, লাংহৈপম নংদি লাংশেমও তৌমোম নংদি তৌ য়ৈখাইও, হাওমুকপম নংদি ফক শাও, সাতোকপম নংদি তৌফাক্ শাও, খোইরিশুম্বম নংদি খোইরি ফি শাও, খোইরিয়ানপম নংদি খোইরি ককও, লাইরেন্চম নংদি ফিমু স্থও, থৌপিচম নংদি লা খাংও, লিশম নংদি লি শাও, লৈশারোনবম নংদি চফু শা-ও, য়েলরাম নংদি য়েল পুশিলও, ঙামুকাপ্পম নংদি ঙামু পায়ও, খুয়োলথেম নংদি হামেং পুশিললো রোক্রমবম রোক পুশিল্লু। মাইপারামপা নংদি য়েলখোং তমও, পাংখাইচমপম্ নংদি সাপৈ য়েংও, অকুরামপম নংদি সিংপাও তমউ।

উচেকখোলতাউ। মাইপম আক্রামপম নংদি মৈপা তমও চাপুংপম নংদি চাকয়িললো, অহোংশাংবম নংদি অহোং অচাও তমও, রালেপ্পম নংদি রা লাৎলে, মাইপম নংদি চুপশাও, চকফিয়াম নংদি চকফি লাইশম থাও। ঙাংঙোম নংদি কোনয়াই হুললো, য়েলকোকপম নংদি য়েরুম থাও, খুমুচম নংদি কৈ রারকও, নিংথৌচম নংদি কুরেক হাইখোং য়াইখোম লাৎও লোইচায়াংবম নংদি চিংফৌ লাৎলো, অয়াংপম নঙদি তরেৎ চিংও, অকরাম নংদি মেরা শাশেমও, পুংগ্রাইচম নংদি রাংলেন পুংকাইও, লাইরেলপম নংদি লাইখুল লাৎও রাকোংথেম নংদি রাতোন উতোন রাকলয়াই লাৎলো, অথাম নংদি কোকও, সিয়াৎপমশম নংদি পুংলাৎলো, সাথোকপম নংদি সেৎথোকও, শারোৎখাইপম নং ফাকথোকও, হয়িংথেম নংদি মচুম নপও, খাইথেম নংদি হকচাং খাইও, হকরানথেম নংদি হল ফাদোকও, হলনোইবম নংদি হল নোইহৎলো, পুরোইচম নঙদি পুরোই পারোই থোপথিললো, লুরোংচম নংদি লুসেংও, অমাকচম নংদি লিরুং তেল পাইও, শারুবম নংদি লুশংও, নারুম্বম নংদি নারুমও, খুমুরোং নংদি লোংশাও, লুচামবম নংদি লুচামও, মংসংপম নংদি মংসংও, রাংলেনবম নংদি পুঙথিললো। কাত্রমবম নংদি লৈশৌপুং লাৎলো, শেরাম নঙদি ঙৌতোং লাৎলো মিৎকৌ শমপাল তরাম নঙদি নোঙশিৎ লাৎলো সথনথাম নঙদি মলমশল লাৎলো, শঙাই কাপপম নঙদি পুংদোইও, খোঙক্রামপম নঙদি

উক্রোং লাৎলো, কোম্তে নাকথিংমাই নংদি লাই চুপশা-ও, শৌক্রাকপম নংদি শাফু রানলোং শা-ও খরিপম নংদি য়ুহি য়েল-ও, লৈয়ুশুংবম নংদি য়ুয়োল-ও মোরি নংদি লৈতাইও, ঙাসেপ্পম নংদি ঙাসেমও, থিংনোং চাওরোং মাইবা নংদি লাইয়িং থোইনবা লাৎলো,।

তম্পাক মাইবগী মশিল

তম্পাক মাইবা নংদি মোংবাহনবা লাৎলো, খাপা লাংথংচা, কাবা রামাইপা নংদি নাওহল অহলবা লাৎলো, জকোই রা মাইবা নংদি খমলাংবা লাৎলো, কোবা মিয়োম্বা মাইপা নংদি কোপারেল লাৎলো, লাংমৈ অমাইবা নংদি চাখাপা লাৎলো, থোংনাং কাইপিয়াং মাইবা নংদি মুরানিংথৌ লাৎলো, খায়োইপরিয়াং মাইবা নংদি মারচিং লাৎলো, লোইয়ম শংগাই অমাইবা নংদি কৌক্রু লাৎলো, কিয়ামশা নংদি কিয়াম লাই লাৎলো, নমপুচম নংদি নমপুচম লাই লাৎলো, অশৈবা নংদি সনা লমরোক শকও, অশেম ঙাখাখোই নংদি য়াকৈ ইশৈ শকও, খোইনাইচম নংদি খোই লাৎলো সনাচিরামপম নংদি সনচিংও, পাওবম নংদি পাওদা হিদেলদা লাইপাউ ভাও, ফমদোম নংদি খোংকাং খুদা নাও, লাইশ্রম নংদি সনখোং লাৎলো, হাওবিচম নংদি লৈরক তেরাল-ও, কামপম নংদি তোকপা লাৎলো, নাও-খোংচম নংদি খোং লাৎলো, লালথম নংদি লালফা ইশৈ শকউ। খরাইজম নঙদি খরাইখোং খললো, য়িমলেমপম নঙদি ইশিং লাৎলো, চকপা থিয়াম নঙদি মংচংও, মৈপা থৎলো, অখোংবম

নঙদি খোংখিললো, নানপম নঙদি হিয়াং কোই চোংও, হয়রাংখোংজম নঙদি কোংপা চেংকুপশিও থিলবম নঙদি নাকথিললো, মুতম নঙদি ললহামপুং লাৎলো, থিংনাম নঙদি উক্রোং লাৎলো, চিঙকাংবম নঙদি চিঙঙাংলেন লাৎলো,। খরিবম নঙদি হিচাকা' লাৎলো, লাইশোম নং উচি লাৎলো শিংথাম নঙদি লংমাইরোল শকউ। থোংঙাম নঙদি অহোঙলোন শকও, শোরাইশম নঙদি খোইচু লমবোক শকউ। চানতম নঙদি খোংচিংলোন শকও, হাইসিনাম নঙদি কয়িং লাৎলো, থিয়াম নঙদি হিলাৎলো, মোইরাং পুখ্রম্বম নংদি তিললেং কাংলেং লাৎলো, অপুচম নঙদি পুকখ্রি লাৎলো, নোংপোকপম নঙদি নোং লাৎলো রাইখোম নঙদি রাই খোমও, অকোইচম নঙদি মিকোললো হিহোলও, হিচম নঙদি মুংখোং মু'লাওবি ফা-ও, শল্লাম নঙদি লংমাইচিং লাৎও, তাংখুল শারম পাথংপা শাও। হিদাম নঙদি স্না লিফক শাও, হৈথম নঙদি খোংহামও, য়িরুও, লাইশংবম মেললেমপম নঙদি মেল শংও। খমনাম নঙদি খমমুং চয়োম থাও, শেনশাপম নঙদি শেনপূ শেনমল শাও, অমাইপি নং লৈরাই য়ুথাং-ও, কবোক ফামনোই চাইও, নোংতোল অমাইপি নঙদি লাইচা ফুহিং লাকও, থালৈ লৌকা তা-ও, তাংখুল মুরাবিবু শাও, ফুরা য়িমাইপি নঙদি ফুরালাইয়ুম চংনা মংতা-ও, য়িমাইপা থিনঙাওপা নঙনা মংথি-ও, নোংচুপ হাওরোং মাইপা নঙদি মংচংও। শিংথাই পাউতমও,।

য়ুম্নাক মশিল — লামরম নংদি কাশা তেল লাৎও, পানম থাংকোকপম নংদি পানম লাইয়িনলো, পুখ্রনপম নংদি লোলনৈও, ফুরিৎশাপম নংদি য়েৎতুম পুমগা লাকও, পুতোলচম নঙদি লু পু-ও, সাংতোলচম্ নঙদি লুথেৎ-ও, থোদাম হৈবোং মখোঙ তাবা নঙদি চিঙথৈ গুরুবু লাৎচোও, অয়ুক চিঙথৈ হুল্লকপদা ইকৌ থৌনিচো-ও, চিঙঙা খমপম নঙদি চিঙঙা চিঙপু থৌনিচো-ও, চিঙঙা চিঙবু শৎচোও, লাইরেল্লাকপম নঙদি নোংমৈ চিঙজং লাৎও, নোংচেলপম নঙদি কাপও, মোইরাংথেম নঙদি য়িপুলাৎ থেললাৎও, নাওরেম নঙদি নাওশোং ফাল লাৎও, হৌজিকতি লৈপুংলোলচা পাখং-পাকি খোঙলুপ লাইকি কংলা ফাললুপতি. ক্রুমলেন শানাইপনে খিরুমলেন কিংনাইপানে, ভলুতুমলেন মৈনাইপানে, মারচিঙনে থাঙচিংনে, থোঙারেননে, তরুকনে। কারিনে কারানে নোংতম খুপানে, নোংতম হলপানে, লৈশাতাওনে, নোংশাতাউনে, লৈখোম-তাউনে, নোংখোমতাউনে, থরানে, চেঙানে, য়ুচেংনে য়ুহানে তরানিথোইনে। লাইকংথৌ মাপালনে খুলফাংথৌ মাপালনে, পোইরৈথোনে, তয়মথোনে অসিবু কংলা য়াফমথো কৌই খঙও।

লোইশং — হৌজিক্কি অয়াং ফাললুপ খঙনবা হায়গে কুরুম মাইচৌ অহুমনে অসিদি মঙাঙ, লুরাং, খুমল অহুমমাস্নুং হাইয়ে, থাংচিংনে, মরাজিংনে, থোংঙারেলনে, লৈপাদি তরুকমা অসিদি নিংথৌগি মিয়োক তরুকমানে খঙও, পুখ্রনবা নোংথোনপা, খাইরাকপা

য়াইস্কুল লাকপা, হিয়াংলোই হনচাপা, চোঙখালপা হলচাপা, য়ুমাংলোই হলচাপা, য়ুমিংলোই হলচাপা, ফম্থকচা নাইখুৱাকপানে তরামা অসিদি মাইকৈ ঙাকপা লাই তরামানে, থা তরানিথোইমাপু পুইয়ে। নিংথৌপোংবা তরামানে খণ্ড-ও অসিনে, লমমৈলাকপানে, উমু খুল্লাকপনে, য়েনত্রেল হলপা, হুইত্রোল হলপা, লৈচোল লাকপা কৈক্রুল হলপা, খুলতোংহলপা, নাকপ্ লাকপা ওক্রল হলপানে মাপলমা অসিদি লাইফংথৌ কৌই। লাইদি উমংলাই মাপলমানে, লাংয়েল্ মাপলমানে খণ্ডও। সিনাইপা হলবানে, য়িলাৎ লাংবানে, থাঙচা হনবা, কোনশা হলবা, নাই ফ্রাকপা, হিচাহলবা, অহৈবা, খুংহৈবা হলবা; ফিশাবা হলবা, হুইরোই হলচাবানে, অসিনা খুনফাংথৌ কৌই। সুমিৎ চায়োল তরেৎমাসুং কৌই। শললাই মাপলমানে খণ্ড-ও।

পানা খায়বা — হৌজিক্কি পানা খায়গে লাইফমদা পুখ্রনবা সংলেন লাকপা, য়িমাংলোই হঞবা, লমমৈরাকপা, লৈচোন লাকপা খুন্তোংহলবা, কোনশাহলবা, হিচাপাহলবা নিপালমানে, অহল্লুপ্তা খ্বাইরাকপা, হিয়াংলোই হঞবা ফমথকচা, য়েনত্রেন হনবা, ওক্রন হলবা, য়িরাৎ লাংবা সিনাইবা হলবা ফিশাবা হলবা নিপালমানে।

থাকমদা ৱাংখৈরাকপা, নোংথোনবা, সংলেন লাকপা য়িমিংলোই হঞবা, উমু খুললাকপা, কৈক্রনহলবা খুংহৈবা হঞবা, থাংসা হলবা নিপাল ম'নে। নহারূপ্তা, য়াইস্কুললাকপা, অহৈবা

হঞ্জবা হুইরোই হঞ্জবা, চোংথালবা হলবা নাইথুরাকপা হুইত্রোন্ হলবা, লাইফ্রাকপা, না:কপ্ লাকপা নিপালমানে, অসিবু পোয়রৈথৌ, থুলফাংথৌ, তায়মথৌ, নাইফংথৌ অসুম কৌই, পুণ্ড পুবা তরা তরামাপলনে থঙ-ও থুল্লাকফম হায়বদি অসিনে থঙও ॥

পুথ্রন হিদঙ, নোংথোল্ হিদঙ, খ্বাইহিদঙ, ব্রাংখৈ হিদঙ, য়াইস্কুল হিদঙ অসুম হায়বা হিদঙফম কুন্থ্রানিথোই অসিদি, লুপ-লাকফম কৌই থঙ-ও, তেনগু হলবা থাঙসুহলবা, সিঙসু হলবা অহুমমাদি লাইয়িংথৌ মুঙয়াম্বানা লৌখৎতুনা থুললাকফমগি মথক্তা ফমহললমলে থঙ-ও ॥

ব্বারম অমসুং হায়গে লাইয়িংথৌ কবোম্বদা ঈশিং চায়পা পে কই, পাওনমদা য়ুম তাখিয়ে, লাইয়িংথৌ থাগেম্বা স্নাহাকথক্তা তাইপঙ থাইবা পোকই লাই ওয়খিয়ে, কারাথোংদা ফাওরে, কারাথোং লাকপা কৌই। লাইশ্রমনা য়ায়ে স্নামহিনে কারা-থোং তাপা লাইশ্রগদি লাই মনাই ওয়রিয়ে ·নোংশাবাদা চকপ্রম লাইথংবম য়ুম্নাক অনিমাগি পিরমই। লৈশাংথোং থোমমাদা ফাওরারাবাদা লোংজম থৌকানাউচম্ য়িম্নাক অনি-মক লাই মানাই ওয়ও পিরময়ে।

নিংথৌরোন

লাইয়িংথৌ তাইপংপানপগি মাপু, লৈমারেন গুরু সিদবী সিদাপা অনিমাবু হম্না হম্না থুরুমজবানে। লাইয়িংথৌ পাখংবাদগি হৌনা নিংথৌ রোইবা নিফুনিথোইনে, তরেৎতি লাইনে, মিগি নিংথৌ ওয়বদি মৈদিঙঙু নাওফংবদগি হৌরে নিংথৌ কুম্থ্রামঙানে, মৈদিঙঙু চরাইলোংবা

য়ৌনা মি পোং কৌদানা ফাওচালকপা চক অসিদি লাইখুল, তিলখুল লাইলুপ তিনলুপ, মিলুপ পোংলুপ সিনথোং খুলথোং অসি থৈপিক কায়হন্দনা খংনা খংনা নিংথৌ নাওফংবানা য়াথং হাইরকপা মতুং য়িলনা লাই মঙামানা লাইচৌ মঙা রোইদানা গুরুনা হাইথোকলকতানা তাকপিরকপা মাতুং য়িলনা লৈপাক্কী ফমথৌ নিংথৌ অঙমপা অথৌবা সাচিং, লালচিং খোংমি লালমি অয়ামবা থৈবিকনা লৈমা নিংথৌ অনিমাকি থরাই মঙামানা হরাউনা নুঙাইনা মরাং কায়না কুইনা সাংনা লৈপাক মরাচেৎনা অহোঙ অচাও-থোক্না শাথোং লানথোং থিংনা মাইকৈ তরামাবু খুৎতা থুমনা নিংথৌ অথোইবা রাজ চক্রপাতি কৌনা তিলথোং লাইথোং খঙনা থৌখল্লকপাগি থৌখললোন হায়গে তাও,

থৌখললোন

হে লাইয়িংথৌ নিংথৌলেন অথোইপাও সংকাই য়িম্রচাও অনিমাতা মমুংতা খলপাতি য়োইবু য়োয়হৈ নিংথেম নুপিনা খলয়ে অসিদি লাইথোংনে, লাইলুপ কৌই, লাকতোনতা সংকাই শেনবাকা কৈদাকা নাঙাইয়ে. লাকথোংতা লৈমা সেলপা নিংথৌ সেনবা তুলাইলোই, তুলাই পাবা, চোংখালপা য়িলখালপা তৌতারি পেনা খোংবা মখোই অসি থিপিক নাঙাইনায়ে থোং অহুম্মা অসিদি তিলখুল লাইখুল তিলথোং ওমানে থোংশাংতা চুং ফিরাল পুঙ, শেল, পেরে সিং-কা নাকানা, শগোন শামুনচিংবা থৌখল পুমনামানা ঙাইয়ে, তুলাই তোংলাবাতি তুলাই কোনচিন মরি মাতা তুলাই পাবানা খললে।

চিথেক মাং অনিমাদা অকল অথৌনা খলয়ে, তুং চিথেক অনিমাদা সেল্লুংবানা খললে শগোন তোংলাবদি মাংতুং অনিমাদা শারুংবানা খলয়ে, শামু তোংলাবদা মাং তুং অনিমাদা শামু সেলবানা খলয়ে, নিংথৌনা থোকপগি থৌখলদি অসিনে।

নিংথৌ-গী মথৌ

নিংথৌ ওয়বানা তৌগদবা হৌনাবা মরম চৎপু হায়গে তাও। নিংথৌদি পঙনা থোককরোইএ, রাস্তুং পঙনা শায়ফরোই, রাখন খন্না হায়গনি, নিংথৌনা হায়থোকলকপা রা অড়বু লৈপাক অঙম্বানা হৌখৎতুনা মাখুৎ লোন্নানা রোককনি।

রা অকবা ওয়ররবদি লৌগনি, ফত্তবা রোইরাবদি হায়জগনি, পংনা হায়ফারোই, নিংথৌনা রাকায় য়াথং কাইগদবদি থা অমদা অমরক, অনিরক হায়গনি, নিংথৌনা কৌদানদি লৈপাক্কি ফমথৌ নিংথৌ অঙম অথৌ পুন্নমানা পংনা চংফরোই খঙও, কৌসিল্লবগা চং গদবনে। নিংথৌনা কাংচৈ শান্নবা করি করি তৌবা রোইরাবাস্তুং হয়েংদি নিংথৌ থোক্কনি হায়রবদি য়োইবু য়োইকৈ নিংথেম মুপিনা লাকতোনদা, কৈদা সংকাই সেলবাদা হায়থোক্কনি, য়াইরেক সংনা সংপালবা থৈপিক্তা নংকি নংকি থৌখল শোয়ফরোই হায়দনা চেলথোক্কনি। লৈমা নিংথৌ অনিমানা য়োয়বু য়োয়হৈ পুন্নামাগা তিলনানা লৈরিঙৈদা মাপুংদ তৌকাদাবা রাবু হায়গে অহিংদি মাহারানিগা, নিংথৌগা সংগাইদা লৈগনি। নোংথিলদি ভু অয়াম্বা খিবিকৌনি অসি শোয়রাবদি লাখোঙ

হলচাপি. হিরুসং হলচাপি, লৈখোমসং হলচাপি, য়েনভারেল হলপি, কৈক্রল হলপি, ফিরু হলপি, ফৌরুংহলপি; ঙারুং হলপি, থুমচাওরুংপি মাপলমা অসিনা রায়েন ভৌএ॥ লাল্লাপাত্তি সল,নাই য়োলভানা চাএ। নিংথৌনা অসিবু কায়রাবাদি ফত্তে। থৌরম রারম অসি খৈপিকপু শোইফারোই কায়ফারোইয়ে খঙও।

মিংগৌ

হৌজিক্তি রারম অমা হায়গে তাও, মৈতৈ লৈমা-না পোকপা সিজা অদুনা খুরাই লৈমা ওইরাপা খুরাই লৈমা অদুনা পোকপা অঙোম সিজা অতুনা অমরক মৈতৈ লৈমা ওইরাবা অদুনা পোকপা নিপাদি সনা মহি কৌই। মুপি ওয়রবদি তক্ষা কৌই। অয়াম্বদি কৌফারোইয়ে। নিংথৌনা পোকপা অতৈদি স্না কৌগনি, তক্ষা মরাদি য়িপুংঙ কৌগনি। নিংথৌ মাচা অয়াম্বা অতৈদি য়িপুংসিচা কৌগনি। সিচা মারা অয়ামপা অতৈদি অঙাং কৌগনি খঙও॥

তুলাই শগোল তোংবা

হৌজিক্তি রারম অমা হায়গে লৈপাক্কী ফমথৌ নিংথৌ অঙম আথৌ পুম্নামাকি থৌখললোন্ অমা হায়গে তাও। তুলাই তোংপা, শাগোল তোংপা স্নাথোংদা থায়ে। হাজারি মরিমাদি কৈথেল লালমি থোঙদা থায়ে। হাউপালনাবা পুরেলমা চিঙমৈলোংতা, চিঙঙাতা, লাংচিঙতা খোমমিতোকতা য়িরিল মপালতা থাএ। চোথে খুললাক-পাত্তি মোইরাংখোমতা থাএ। মোইরাং- নিংথৌনা য়াইসাখুল থোংতা থায়ে শাগোল তুলাই থাকম অদু হেলফারোই তৌফাদে খঙও॥

হৌজিক্কি খোঙউপকি থৌখললোন হায়গে তাও।

ফিজোল লৈতেংগী বা — অঙৌপালবাতি খোংউপ্তি আশংবানে, ফিথাতি করাংচি অঙাংপানে। ফিশেৎতি কৈচোমদি হিকোকনা মপাল শোম্বানে, ফুরিৎসুং অঙৌপানে। য়িন্নফিসুং অঙৌবানে, শমচিলসু অঙৌবানে, অঙৌবানা লিবানে তেংনাগি চোঙ, পে, অঙৌবানে য়াইদি লুপানে, কোনঙৌনে, মিসিনে, লিকলাইনে, নোংদানে, য়োৎঙৌনে, লোলঙৌনে; থৌঙৌনে; মিংশেলনে মাপলমা অসিদি থাগি থারুপনে থঙও॥ অঙৌপানবানা চঙপাতি ফিথাদি কোক্তা পুগনি, কাশেনসু খুতোং পুগনি, লাকখোং য়ৌরাবগা ফিতাসুং নাকন্দা য়েপকনি, হিদাকফু কাশেনদি লাকতোন্দা থমলমগনি খোঙউপ ফিদা কাশেন অহুমমাদি সঙকাই সুমাঙ য়েগনি।

মৈদিঙগু অপানবানা শেৎপা ফিশেৎ লৈতেং সমচিল অঙৌবা থাতাংচেৎসু অঙৌবাদা অঙৌবানা লিবা করাংচি নমবা স্না কোংপোল অনি থিলবা, খোঙউপ্তী ফারাংচি স্না কোংপোল অনিথিলবা ফুরিৎতি কোনথা ফুরিৎনে, কৈচোমতি মপাল য়োম্বানে য়িলম্নাফি মফৈ য়িলনা থুপ্তুনা, লেংতোল য়ালগনি, খ্বাংদা ওয়রাবাসুং য়েৎকনি শেকপিন মথোল মাপল পালবা অঙৌবানে, চোঙসু পেসু অঙাংবানে ফিথাদি ফিবোং অঙৌবানে মৈদিঙগু অপানবানা শেৎপা ইনবা চৎপা, রোৎপা, চাবা থকপা নোকপা কপ্পা হঙবা হায়বা অসিদি নিংথৌ মচা মশূ লৈপাককি অঙম্বা অথৌবা পুম্নমানা তমফদে থঙও।

য়াই লোইবগী বা

মৈদিঙঙ্ অপানবানা লোইগদবা য়াইদি স্না, পিথ্রাই, কোরি, তম্ফা, চ'রিক, নো'থৈ, পোত্তাল মণি, মুক্তা মাপলমা অসিনে অসিদি পুমিৎকি শাগৈনে খঙও॥ হৌজিক্তি হেপ্পু পুম্রমপা হেপ্পু নোংথোলবা য়াইসা খুল্লাকপা, খ্বাইরাকপা, খুরাই লাকপা, বা'খৈল'কপা মরিমা সংলেন লাকপা মরিমা অসিদি ফিদা লেংদোন্দা পুগনি। ক্বাশেনম্ভ খুতোং পুগনি। খোংউপ ফিদা লাকতোন য়োগনি কৈরুং শেল্লুংদি যিদা নাকন্দা য়েপকনি ক্বাশেন মানাতা পায়গনি ফিথা খোংউপ লাকখোং য়োগনি। কমথৌ নি'থৌ অয়াম্বা অভৈদি ফিথা থাও পোৎনা নমগনি। ক্বাশেন মানা পায়গনি কমথৌ নিংথৌ কমবৈ কম্বা কম পুন্নামানা কমবৈদ কমলাবতা মঙাই মশেল মরুপ মাপাং লাকপদা হৌগৎতনা পানা লানকারোই বা হায়নাকরোইয়ে কমদৌ নিংথৌ হুমক্ষ্ মরিমাগি থৌনে খঙ-ও। শেল্লুংবা মরিমাগি খোংউপ্পী লাকখোং য়োই কৈরুংবা মরিমাদি য়াইরেকশং য়োই। হাজারি মরিমাদি লানমিথোং য়োই পুম্রন নোংথোন লৈকাই লাকপা মরিমা সংলেন লাকপা মরিমা, তরামা অসিদি শমজিলদি অঙোবা থাতাংচেৎতি অশংবনা লিগনি, অঙম্বা কমনাইবা শংপানবা পুন্নমকতি শমজিলদি অমুবা, খদাং চেৎতি লোইয়াম্বা অঙাংবা হিগোক কুমলং মরিমানে। ফিদাস্নুং অঙাংবানে অমুবনে পংনা মানাকদে খঙ-ও।

মনা পীবগী বা

হৌজিক্তি বারম অমা হায়গে মৈদিঙ্ অপানবানা মনাই মখুল অকল অথৌম্বা মানা

পিগদবদি মনাদি লানফম অচৌবদা স্না মাংদা নাদনা ঙমজরবদি নিংথৌফি ময়েক পিগনি। লৈমা সিজাস্থ পিগনি। মঙারক নাবদি ফিরাল নামা থক্তা নামা থোইববু পিগনি তরেৎলক নাবদি থাংপল লোইনে। মাপললক শুরাবদি মৈপুন পিকাভানেঃ সংকায় স্থম্মাং য়ৌনা থালগদবনে খঙ-ও। পংনা তৌফায়াই ৭ মাপূ য়াওদনা ঙয়কপদি নাইসল, লৌ কাপুইশিংমাংপল পিগদবনে। মাগি মাগি মতিক য়েংনা লুপা লৈখাম স্না লৈখাম পিগদাবনে পংনা পিফারোইয়ে খঙ-ও।

কৈ ফাবগী মনা — হৌজিক্তি কৈ ফাবাগি মানা পিগদবা হায়গে কৈ ফাবদি মি তরানা ফায়বস্থং মনা পিগদবদি মি অহুমতনে অমদা লৌ অমা থুম নাম্মা ফি পিগনি মথং অমদি থুম নামমা ফি মথাই ফি পিগনি লৈরোইদি মানা মথিল পিরাবস্থ মপাল থোকফারোইয়ে। মথং অমদি থুম নাম্মা থাইপিগনি ফি পিগনি অসিনে খঙ-ও॥

রায়েন থৌদাগী রা — হৌজিক্তি রায়ম অমা হায়গে তাও লাইয়েল মৈদিঙগু নাওফংবানা মঙাং গুরু, লুবাং গুরু খুমন গুরু,গুরু অহুম মাগি য়াথং লৌহুনা পোয়রৈ কংলৈ মৈতৈস্না লৈপাক অসিগি রায়েন থৌদা খঙননাবা হায়গে হায়দনা চিঙগু লাইগীদি মমৈ তাইবং মি নমু পোংগীদি মকোক লাইয়েল মৈদিঙগু নাওকংবানা থয়মবা হায়য়স্থা রাবু হায়গে তাও কংলৈ মৈতৈ লৈমানা রাই হায়করোইয়ে লৈবাক নিংথৌগী ফনবা তৌবদা লন্ লিকফারোই রা অনি সুকরোই

মৈদিঙঙ অপানবানা ৱা অনি হায়ফৱোই। ৱা অনি হায়ৱবদি লৈপাক ৱা থোকই। ৱায়ামই তৌহৈদে খংও গুরুনা পনতিংনা মহৈ হৈবানা লৈপাক্কী ফমদোনিংথৌ অঙম্বা অথোবানা লৈপাক নোংথৌ অনিমাদা অক্ষা ফংডা ভৌরগদবা থোক্লগদবা উরা খংলাবদা হায়দ্রবদি লৈপাক নোংথৌ ফংতে। লৈমা নিংথৌ পুনশিদে। হে মিৱোইবাশিংও খংও নোংথিল নোংচু-করোই চুরাবদি লৈখোং নোংখোং কায়বা কৌই। কায়ফারোয়য়ে। কায়দনবদি ৱায়েল চুমও থোখালমগনো, থকস্থ খাস্থ নম লম-লানগনো কুম থাদি মিগি ৱায়েল ইললে, ৱায়েল শোইকরোইয়ে ৱায়েনদি ষল হুবা শগোল হুবা নাই হুবা অসিদি মখোং ককও লৈখুল হুংপা হুরালবা অসিদি মখুং ককও মচিলথিবা পুক-হোলচাপ। অসিদি মচিল লেললো নিংথৌগী ইবেম্মাশিংদা মিৎয়েং নায়েংবা লাল্লবা, মীগী মতু হুবা আসদি মামিৎ হনলো মচেম মনেম খংদনা লাল্লবদি নোং লাওনৌও নিংথৌগী ফিচি ফিনা নেৎপাদি লোই থাও নিংথৌশেমবা ফংলাবদি তুম্না হাৎলো লাইথুং মথাক নাইফাদে য়েক্লবা মথাক নাইগনো লমন মথাক থমগনো তিলতিম্নবা পিতিম্নবা য়েকতিম্নবা নুপিদি লোনহৈদে; মরা শিরাবদি থোংথিংলো উমং লাইগী থোগল কায়কদে সংপালবা চাম্মা সুকদে, শামু কুন সুকদে, শগোল লাখা তরা সুকদে সল ইরোই, শা উচেক পুম্নমদি মশিং নাইদে মৈতৈ লৈপাক্কিদি লানফমদা মী কুন্থ্রা সুহৈদে ৱায়েন অমদি মহারানিদি কাংথোল থায়ে। অপানপিনাচিংবা তু অয়াম্বাদি অহিং খনবা থোকলাবদি

ফিয়োম পুশিললো নোংঙাল্লগা পুথোকই। থাগি লৈ শাৎলবদি ফিশেংবা মুৰিৎতি নিংথৌদা লৈকৎলো অপানবিদি অহিং খললমুং ৱারৌদে থৌগল অসি ওম্রনা খল্লবদি নিংথৌবু রাকোংললগে লাইওইরবী অহললমনশিংনা *ঘিরোই লৌহুনা চায়ে। লাল্লবি অচুদি তনদি তৌই। সিংকাইপাক্লা য়ৈয়ে অসিবু তৌত্রবদি লাইনা য়াদে। লৈপাক ৱাথোকই নিংথৌগী তু ইবেম্মাশিংগী মবুং মৌপুরা মাপা মতোলশিংনা উনাজগে হায়রবদি লুকনপি থোংদা লৈদনা উন্নাগনি। ফৈতানা কৌথোকলুদনা ফৈতা ম্লাওনা ফক্লাং মপালদা লৈহুনা উনানা ৱা হায়না হলগনি কোপুং মগুংদদি নিপা অমত্তনা চংকরোইয়ে লাইনা য়াদে হায়বাখঙও॥ অসিনা ফৈতাতি মুপিনে হায়বনে নিংথৌদদি ভিনকোংনা মমৈবু ময়ানা চিক্লা লৈবাকুমনা লৈগনি হায়বদি মরম অসি লৈবনা হায়বানে। হাওমচা সংকায় সংপাদি মিরোই সুরাবাদি চংকাদে। চহি তরানিথোই সুরাবাদি লৈফদে নিংথৌগী তুগিমথৈদি ইবেম্মা কৌগনিয়ে। অমদি নাথাং হলচাবি, হিরুসং হলজবি অনিমাবুসুং কৌই। লৈথোমশং হল্লজবিতি ঘিম মরেল কৌই। নিয়াইপিভা পিরকপি উল্লকপি চেংথা কৌথারিবিদি পোংলোই কৌই। মিরেল কৌবি মুংথেমমুপিতি নিয়াইপিপু কৌই। নিয়াইপিতি ময়াং নিংথৌনাইদা তরা। লৈমা নাইগী মঙা, রাইনেনগী অমা। পুরুমগী অমা। থিংনোংকৈগী অমা। কিয়াম-কৈগী অমা। রাকচিংকৈকি অমা। মংশাংকৈকি অমা শেকতাগী অমা। কোম্থাকৈগী অমা। মথোয় অসিদি রিপি

* ঈরোই অমগী মমল লৌহুনা চায় —

কৌই। নিংথৌরোল খুদিং কৎলে। নিংথৌতুগী খোংলোই রোইনায়ে। তুলাইপাপি হাপ্ত্না থোংশং মৈয়িংপি ওইহনলো অসুম্বা শিজিন্নায়ে। নিংথৌগী য়িরুম থলনায়ে খোংনা ফংপি কৌই। অমদি হাওলৈমা কৎকদবা হায়গে মকেঙ অমা। তুমা অমা, তাতোন অমা। তাকৌ অমা। চিংতাই অমা, পাখুন অমা. ছুইনিং অমা, লমলাং অমা, চীংশোং অমা। লমলাং অমা। থিংপা অমা। মরাম অমা। তৌরা অমা অসিনা চীংলোইনা কৎলে। মিংকৌদি য়িপি কৌই। মাসিবু পোৎলোই ওয়নায়ে। হাওমচা চায়াংথেমপা অমাসু কৎলে। অহল লমন লাইরোইপিশিংগি চৈরাপ্তা য়িহল পাউহলনয়ে অমাদি অঙৌপানবানা নিয়াইপী থোনচাবা হায়গে অঙোমনাই অমা। কোংপম অমা, য়ুমলেনপম অমা, হিতাম অমা, হোংনেম শুস্বম অমা, চকপারম অমা চিনকাংপম অমা, অসুমনা অঙোমনাই কৎলো অমদি লুবাংচম অমা, লাইল্লেরাকপম অমা খরিপম অমা, অসিদি লোংচন্না কৎলে। অমদি পুথ্রনবম অমা, খুমনথেন অমা, মংশাতাবম অমা, নারেংবম অমা মৈয়েংপম অমা. রাহেংবম অমা, লাইলেনচম অমা। য়াংঙমপম অমা, খুরাইচম অমা, কিয়াম অমা লাইশ্রম অমা হাওবম অমা. ঙাংবম অমা, লৌখাম অমা, পুংক্রাইচম অমা, ওয়নাম অমা, চিংঙাথম অমা, পুরাম অমা সুপ্না তরাতরুকমা অসিসুং কৎলে। অয়াম্বম সুপিনা হিরুশং লৈথোমশং চংফদে। কৈতানা চেৎনা শেললে, ফম্মাং হৈরুকতি লাইওইবি অহল লমম্না শেমএ। কৈতানা তানথোকএ

য়িবেম্মাশিংনা অনা কুম্বাদি ফৈত্তা থোংসংনা কুময়ে। নিংথেমগুপি থোংনা কংপিসিংত্তি চুপ্না খমনিং খমমাং চৎপদা চৈস্ পাললোই-নারে। সলাই মরিদা পিয়ে। লৈমাখুবি ফমলুপ্না শ্রীমহারানিদা মারুপ্ ওইয়ে। হৈচলয়ি থোংউপ অরিবা কৎলে। অমদি য়িমচাও মানিংদা সঙ অমা শায়ে অদুদা নিংথৌ তরেৎ, মহারানি অনিমাগি ফালতেং থাত্তানা থমগনি অদুদা নিংথেমগুপিনা লাল্লুপ কাগনিয়ে। নোংথিল কাবানে. লৈমানিংথৌবু খুমগে হায়দনা লৈমাসিজানাচিংপি অয়াম্বীনা লাল্লবদি শঙ অদুদা ঙায়গনি। কৈদা, হাওমচা নিংথেমগুবি অসিনা চঙদানা হংগৎকনি। থোকপিরক্লগা উম্নজদুনা খুরুমলগা হায়জয়ে। অমদি শ্রীনিংথৌনা মাপাল তাম্না স্না থোঙ লেংথোক্লুনা য়িপি থোঙনাফংবি অমদি ইবেম্মাশিং অদুনা কৈদা হাওমচানা খলগদবদি য়িপিশিংনা য়িলচম মৈপুননচিংবা খনবদি লাকতোন য়ৌনা খল্লে। হাওমচানা খুদৈশেন, কাশেন, ফৈদানা শেকপিন লাকত্তোলদগি লাকথোং য়োনা খলগনি, লাকথোংদগী সঙ্গাই শেনবনা স্না শেকপিন তুলাইলোইনা তুলাই, নিংথৌশেনবানা স্না খুদৈশেন শেনপোৎ খললে। স্না কাগোকস্থ খল্লে। থোংনানা স্না কাংহৈ স্না কাশেন হিদাক ফানবানা স্না খুদোং মরোই, অনামশংনা ফিরোই, থোংহি চাংনা লমচৈ হুমাই খল্লে। দোলাইপাবনা স্না তুলাই পাইয়ে, কোনচিনদা সেল্লুংবানা খল্লে। চাকলেন্দ শাগৈগি অঙম্বানা খল্লে। অঙম অথোবদি নিংথৌ স্না য়াথং নত্তনা খলকাদে। স্না য়াথং ঙাইনা খল্লে, স্নায়াথং লৈরবদা কোনচিল খল্লে। য়েৎলমদি খলকাদে

চুং, ফিরাল, পুং, পেরে সিংকা, নাসেন তৌতম্বি, মোইবুং, পেনাখং-চিংবা মাগি মাগি থৌগল রাৎতনা শোইদনা থলগদবনে। শোইরবদি সেল্লুংবানা তনতি তৌএ নিংথৌনা খোঙ হেলদোক্ল-বদি অরামনা ফিদা ফমগদবনি পুখ্রনবা নোংথোনবা লৈকায়-রাকপা মরিথা শংলেন লাকপা মরিমা অমদি সিজগি মপাস্লুং ফমগনি, অপানবা মঙামাস্লুং ফমগনি অমদি ফিদাদি মাৈর তৌনা ফমগনি, কাসেনদি নাপানবা পুগনি, কাগোক খাঙনা ঙকশমদা য়াম্দনা, ফিদানা নমদা পুগনি।

পুংলুপকী বা

পুঙ হুম্ফু তরানিথোই হায়বদি পুখ্রন নোংথোল্ লৈকায় লাকপা মরিমা তককমানা পুঙ তরুক লুপখিরে, পুঙ হুম্ফু তরুক নাঙায়রে, ফমথৌ অপানবা লাই মঙামানা পুঙ মঙামানা অমরক লুপথ্রে। হৌজিক মপান্দা পুঙ হুম্ফু মাথোইমানা পানতানা চৎনরিপাত্তানে। অসিনা শরোই হুম্ফু মাথোই পান্দানা চৎনরিবদনে, অসিনা শারোই হুম্ফু মাথোই ফমথৌ হুম্ফু মারি হায়বানে তিন লাই তৌবদি পুঙ হুম্ফু তরানিথোইমানা মমুঙদা, লাইনা পুঙ পুদানা পুঙ য়ৈরিয়ে পুঙ হুম্ফু তরানিথোইমানা লাইশোল রোইনা তৌন-রিয়ে। মিপোংগী পুঙচৎতি অমতনে, তিন্ লাইগি পুঙ অমানে। হরি কৌবা গুরুনা খংহললোই হায়দুনা মাপুংদা লুপলিবা পুঙদি খংহনদে, মপালগি পুঙ হুম্ফু মরিমানা চৎতানা খা তরানিথোই-মাদি কায়দে অসিনা চৈৎ তরুকতা খা অমমম হেলবনে অস্লুম

শাবদনে থাদি হেনবা লৈতে সুমিৎ থা অনিমাদি চপ লেপসাবা অতাংবনে থংও ॥

হে মিরোইপাসিংও অসিনা মকম মকম খ'না খংনা নাইতানা লৈগনিয়ে হায়বগি অসিনা কন্নাইবা তানবনি। ল'ইগী কম খংনা কন্নাইংদি মপা মপু লাই গুরুনা য়িচা ইশু থারা নাসলানা ম্নাইকানাবা রায়েল চুমনা মকম নাইরিএ, হায়দনা লাইরৈপাকতা লাইগা ইকাইনা লৈমানয়ে স্না লৈপাক অসিদা পোইরৈ মৈতৈ লৈপাক নিংথৌ, লৈমাগী লৈমরেন গুরু অনিমানা লৈমা নিংথৌ কোন্থুনা নিংথৌ মরোল মরোল খৌখল হৌনালকপা মচৎতি শ্রীগম্বিরনিরাজ নিংথেম মায়াংওম্বানা মৈতৈ লৈপাকি মিলোন অশেংবাদনা গুরু অথোইবা নিংথৌশিংনা তৌরম্বা থৌখললোনবু কাইহনদনা তৌও হায়দনা তৌরকপা মরোলদি লৈমা নিংথৌ খসলকপা খৌখল হায়গে তাউও ॥

লৈমা নিংথৌগী খোগললোন

মাহারানিনা পোকপা, অপানপি, লৈমাখুপি অসিনচিংবানা পোকপা নিংথৌ মচা মশুগি মিংকৌ থাকৌ কমকম চাকচা ফিশেৎনচিংবা কমলুপ মাপলমানাচিংবা অরেমবু নিংথেমমুপি খোংনাকংপি অসিনচিংবাগি কমকম চাকচা কৈতাগি লমচৎ খৌখলনচিংবা অঙৌপানবা ইঙুশিং কমথৌ হুম্ফু ভরুকমানাচিংবা কম্নাইবা অঙম অখৌ অয়াম্বগী কমকম চাকচা ফিশেৎ লৈতেং খৌগললোম্নচিংবা চরাপনচিংবা শঙ অয়াম্বগি রাবেন খৌথা মিংগৌ থাগৌ কৈরুংবা ম্নাইরেক শঙনা\শঙ পানবা অয়াম্বা খৈবিক্তা মশিস মশিলগী

থৌথা থৌখলকি থাবা পোৎথা সিনথা মনা-মশীং য়াউব হিদাক লাংথক থিনা-হৌনাবা কৎনা-হৌনবা মচৎতি কৈরুংবা অনি কাললুপ চিঙবা অনি মরিমানা কৈতানা নিংথৌ শেনবানা হায়বা থৌখল মতু‌ংয়িলনা থাইয়ে। নিংথৌগি স্না থৌখল তৌবাদি লাই-লুকনা মান্নুংতা তৌই। মহারানিনচিংপি য়োইবু সললাই মাপল-মাদগি অচানবি তরামগু লৈমা খুবি কমলুপ তরানিথোই, অচানবিদগি হৌনা কম হাপ্তানা শগুদা থিলসিলএ। হিদাক কানবা হলচাপি হাপ্তনা হিদাকফু কানবা লোইশগুদা থিনশিনয়ে। অমদি খুদৈসেন কমপি ক্লাশেন কমপি, ক্লা-কোকযম পুমপু লাকখনপি, নাকশেনপি, য়িমাং নাকশেনপি, য়িমিং নাকশেনপি অসিনচিংদানা স্না খুৎতোং খুৎশেন, ক্লা-শেন, ক্লাগোক, কাংহৈ হুমাই, শেনপোৎ খুৎশেং খুচাই অসিনা-চিংবা থৌখল পুন্নমা থলএ॥

সেননাক কমপি অদুগি থৌখল হৈবি লাইরমশেংবিনা শেল্লুংপি মকম হাপ্তুনা শেললুংকমদা থিলসিলবিয়ে। শেল্লুংবিনা থৌখল অশোই অঙাম য়েংদানা থৌখল শোয়বাবু শেল্লুংবিনা মতিক য়োকপা তনতি তৌরে। মাগি থৌথ চৎলে অসিনা থলবদি সংকাই সুমাং য়োনা থকলে। অদুগী হাঙমচা সংগাই শেনবানা থল্লে। লাইগী কমশিং সুনা মকম মকম য়োইদানা থৌখল মশিং স্নুনা থকলে, অসিনা ক্লালুংবি শেলুংবি হিদাক কানবা হঞ্জবী, রাইতেম হঞ্জবী মন্নুং কমলুংপি, তুলাই পাপা হঞ্জবী, সেবা হঞ্জবী, সেল্লুংবি, কৌরুংবি, থুমলুংবি, কিলুংপি, ঙালুংপি, শালুং হঞ্জবিদি

লৈমাখুবিবু খিলসিললে। য়িবেম্মশিং অসিদি মাগি মাপি কাংলুপ তরানিথোই, মাপল. মরিনা নোংমা, অহিং নোংথিল অমদা খলএ। অমদি য়িপি খো'ন্না ফংপিসিংদি মিরেল হা'ওলৈমা-না'চংবি খৈবিক্রা লাইগী মালোই রোইএ। নোংঙালললাগা স্না খুতোং লাকখোংতা পথোকএ। হিত্তাক ফানবানা আনামশংনা মাচ হোংথোকযে। চলশিলএ, ক লুংপনা পানা, কালুংপ পাল-ন য়ে। খুলচ নাইচা অাংমাপু পানা কৌএ। পানা মরি মা স্থকলে. হিদাক ফানবা পোৎশংবা অমানে।

শেল্লুংবিনা লোললৈ ফিশেৎ লৈতেং সিন্নাএ। সিন্নাইবা লোইশং পালনায়ে। তেরালু বনা তেরা পালনায়ে রাতম হল-চাপিনা ফ। হরাই, সংথোম, চূহি অরাংপানা নাএ. রালহৌ-পাদা চেঙ য়েলশাংগি নাপি সম না য়েংই। ফমলুংবনা খুথা ফিথা থাএ মোলতুম মোলতেকসু থায়ে। মোলপাকতি পোৎশ ব ফুরিৎ শাবানা থায়ে। ফিলুংবিনা পালনায়ে। ফিলুংবনা ফিয়োই, অনাম শঙসু পালনায়ে। তুলাই পাবি হনচাবিনা তুলাই পাপা লোইসং পালনায়ে তুলাই লোইসু পাল-নায়ে। সেবা হলচাবিন, ফৌংবিনা ফৌরুংবা, রাইতৈ লম-তৈবা কৈপি চিলা পান্নায়ে। সেল্লুংবিনা নিংথৌ সেলবা কোনশা লিকশা পুকৈ পালনায়ে। থুমচাও লুংবিনা থুম য়েংদানা পান-নায়ে, ঙাকংবনা ঙাক্লংবা পালনায়ে। শারুংবিনা শগোন শামু, সল, ইরোই সললুংসং পালনায়ে। লৈমা খুপিনা অসুপ্পা লাইগা শং লোইশং মমিং সুনা ফম হাপতানা মশিং সুনা পালনাইললে। য়িরুংপিনা য়িরুংবা পালনায়ে।

নিংথেম· মুপি; মহারানিনচিংবী থোগললোল

শ্রীমৈদিঙঙু নিংথেমগি য়াতাকম য়াথোকফম য়াহিপ ফম, চাকচাকম নিংথেম মুপি, অপানপি, লৈমা খুবি, লৈমালেন মহারানিনচিংবি অয়াম্বি খৈবিক্লা তৌগদবা থোগললোন হায়গে তাও। লাইয়িংথৌ নিংথৌরেলদি য়ুমচাওদি য়াতাকমনে। কংলাদি য়াথোকফমনে। সঙ্গাইদি য়াহিপফম্নে, চাকতাফমনে। অদুদা মহারানিনা থোখল চংএ। কাংথোল থায়ে। ফমচাও সেমএ। করিগুম্বদা অপাল পিনা থোখল চঙবা য়াই। অতৈ তু অয়াম্বাদি চঙফদে। লৈখোম-শংতা ফম অমা সেমগনি, লৈমাখুবিনা থোখল চংগনি। হিরুশংদা ফম অমা সেমগনি। অদুদা থোখল চ বদি অপামবিসিংনা চঙগনি। য়িমচাওদা ফমচাও থাগনি। লাইয়িংথৌগী ফম্নে। মৈদিঙঙু কৌনা হিপএ। য়োইপূলেন্নাচিংবা নিয়াইপি অয়াম্বীনা পুংলৈ-খেললৈ য়েংনা, পুঙথি খেনথি শংনা থোখলী চংএ। শোইফাদে, সোইরাবদি লাইগি য়ারক থোপাও তৌএ॥ মামা মন্দোল য়োকচ, অয়াম্বী অসি খিবিক্লা অশোইবা মি অত্তবু সিংকাইপাকনা য়ৈএ। থোখল শোইফাদে। য়িমচাওতা লৈতানা নিংথৌগি থোখল অয়াম্বা য়েংদনা পালনায়ে। নাখাং হলচাবিনা ফি, থাও, ঘি, পোৎ পুম্নামা তিলনাসঙ চঙনা পালনায়ে হিরুসং হলজবিনা সেললোই পালনায়ে। লৈখোমশং হজবীদি, মহারানিগি মমা মন্দোলনা য়োইয়ে। লাইয়োইরাবি য়োইবু য়োইহৈনচিংবি পুম্না, মক্লা তিম্নবা সংগাইগি নোংপোকপাংনা চৈরাপ শঙ অমা শায়ে। অদুদা নোংঙাল্লাবদা মাগি মাগি হিদাকফু ক্লিথা থায়ে। ফমদানা

ৱায়েন তৌই। নিংথৌ মহারানি অনি মাবু ৱারক ৱাতেম-নাএ। সুমিৎ খুদিংদা থৌখল অশোই অঙাম য়েংদনা ৱায়েল তৌই। অফিনা নোংঙাল্লবগা চৈরাপ্তা পাউ তমলায়ে। থৌখল শোইদরবদি ফরে। হায়না শোইবা থোক্লবদি পিচারা তৌনায়ে, লোই থাবা থোক্লবদি য়িমচাউদা থায়ে। মারুম মহুই নাইবা মিদি য়ৈদনা তান্থোকই। খোংনাফং পিসিংনা লাললা লংজ্রা-রাবদি শিংকাইপাক্লা য়ৈএ। মরিল মহুই নাইজারমলবদি নাই মঙা লৌই। শরুক অহুম ৱোইনা য়েললে অমদি নিংথৌ-দা কৎলে; অনিদি লাইৱোইবি য়োঙপু য়োচৈগা, ফৈদাগা য়ে-ম্নায়ে নিয়াইবি কৎলকপাসুং সুমিৎ মঙানি য়ুমজাউদা লৈয়ে। লৈতারব মিদি নিংথৌ তুশিং চলদে। য়িমজাউ য়িহমদা কোরি শাচৈ অরোংবা য়ালএ। মিশিং পোলয়ালএ। য়েংখোক শিংচংখোক য়ালএ য়িশিং চাইবগি ফম্বীনে। থৌখল অমদি স্না কাতি সংকাইনে, নোংলোন মাপলমা লৈএ অদুদা লাই-য়িংথৌনা নিংথৌ অথোইবা কৌদনা স্না সংকাই মপুংদা লৈবানে। মহারানিনা অহিং খললে। অপালবিনাচিংবা য়িবেম্মামসিংনা নোংথিল খলএ। লৈকাইগি থৌখলদি লাইগি ফিরাল ৱা য়ালই। পানা সংলেন পানা য়াঙমই শঙশায়ে, স্না শংগাইনচিংবা য়িম অয়াম্বা শায়ে। ৱু পাইনাএ। থাখল অচৌবা চপএ। শাবা লোইবগা কাংথোল শাচমনা পুবামখৈ পুইয়ে। পরিং লাংশঙ পুইয়ে। লম্ ৱোললে, য়োইবু য়োইহৈ পুন্নমগি লাইতিনকি থারা শাই, শগাই শায়ে। স্নাখেংঙ লেংলবগা য়েংৎ থাং পুই।

তুলাইরোই পললু·বা মারোইগা লমপেল থোং ফাৎতবা সেম হললে। খুন্নক লৈরক য়িমকম কৈকমগি ব্রায়েন তৌই। নিংথোনা পাৎ পিজয়ে। লৌ, থুম চাহল্লে। মখৌ অমা তৌহলদে। সংশারোইদি থৌগল নত্তে অনৌবানে নিংথেম অহলনা সংয়াম চাম্মাকুন্থ্রা শাপাত্তা সঙ অমমম শানাএ। উ, ব্রা পান্নায়ে। শঙশা লুকশা থবক থাকতনা পাংথক মান্ননা থাইনাএ থৌখল মশিল থা য়। পয়া ব্রাচেৎ হুংতাং খা য়ে, উচিব্রা য়াললে য়ি হোললে ব্রাথোং পাইনায়ে, কৈ স্থমশিৎ থাবৈ শানায়ে, লাই-তিনগি শঙশাবদা মচাক তাললে লফু য়াল্লে। নিংথৌনা লৌ পাৎ থুম পিচায়ে। উরুংবাগ থৌখলদি লাইতিনাগ উখোক ব্রাখোক য়িরোই পালনারে। য়িমচিংলোই হুম্মাইরোই সিন্নাইবা উশাবা মৈতৈ হিশাবা, ময়াং হিশাবা, মোইফেংব ফুন্দ্রে লৈকাই শংশারোই অয়েকপা পাইচাস্থবা থু হৈবা য়িমচুন অসি পান্নয়ে খাংএ ব্রা কনশিন্না প ন্নায়ে। কৈরোইন যোংখোক, থাংখোক পেখোক্লচিংবা অসি খিবক কৈরোইন কৎলে, খোক লম্পাল লৌই য়িখাই লৌই। সঙ পুন্নমাগি মচাক খংই। সারিবা পোৎ পুন্নমগি শারি শারিবা মিখুৎ অচগা লোইমান্নাদানা লাকখোংদা চলই। মহারানিগি শারিবা নাচৈ য়েংপু কিশা তেম্নচিংবা পুন্নামা লৈমা সেনবানা তালই। উ শুবাস্থং পাৎ পিজয়ে।

অয়েকপগী থৌগল

অয়েকপগি থৌগলদি খামেন চপ্পা উ চপই য়েকই খামেন চপএ ফালতেং শাই। ফাল য়েকই অয়েক অখোৎ পুন্নামা তৌই। নানতৈবগি সিল

থৌদি য়িরোই শান্নবা থৌই। নাকথং তিংয়ে, পূকনি য়াংলে তেনতোং তুনৈয়ে সানম তিংই। ইরোই শান্নবা চংবগিমখৈ ত্তোই, খঙও। খুংহৈবাগী মশিল থৌখলদি লিরুং য়িৎপা তেসনা চনবা তাখোক চুম্বা ভেংনা হুম্মাই শাবা তোংচৈ উতোং য়েকপা হুম্মাই য়েকপা তারোৎ তামং শাবা নাচৈ য়েৎপূ-য়িৎপা তেম য়িৎপা পাচেং তুম্বা উতোং মচিন তুম্বা অসিনে॥

অরংগি অরুবা সৎত্রগি মরুশাবা চামি রোনবা চাতৈবা চা-রোনবা, চামেন হিঙোস তকপা অসি তোগ। মনা খোঙ লেংলগা সংগাট পুডনা থৌখল য়িললে। ময়াং হিশাবাগী থৌখল মশিলদি স্নাহ্রেন য়ানলাবদা সিংচং হান্ন থায়ে, হাংমৈ য়াললে উ কক্এ। য়োইবু য়োহৈশিংগী তারেং শাএ। কবো উশাবাগি থৌখল মশিনদি তুলাই শায়ে। উগী শান্না উরুক শায়ে। কপতরেং শায়ে। থুরুম শায়ে। লাইরিকফাল শায়ে মখুম মিংশেল উফম চললে। উপু শায়ে উনা শাবামখৈ শায়ে। থৌখল তৌয়ে শিননাইবা হুম্মাইলেনগি থৌখল মশিলদি চোমমং খারাই শায়ে। মাইখল চপই। ফক চপই য়েনচানলুক য়েনদাই হুম্মাই সিয়াই-রুক ফিয়ালুক মিতম সিয়াইলুক লিখিৎপা লোসলৈ শাবা, লৈরেল লৈচাও শাবা, লৈরেল লুথক শাবা, কাকলৈ তোলচপ মৈহুম উতোংগী য়েলতু ফাবা, মোইমিৎ লাল্লু য়েকপা অসিনাচিংবা থৌখল ত্তোই। থাংশা পাননবগি মশিল থৌখলদি তাখোক লম্বুখোক খাঙই।

লিরুং থাঙই। নো'মৈ য়ে'কথোএ। মুংফাল থোএ। মুংচাক থাঙএ। সানা চুকিচাক হানলি। মৈতাল য়াম্লুনা কৎলে। মৈতান য়াংএ। থাংসা পান্নেএ। মৈতানলোই, খুংহৈবা, অপানবা ফেংবা পালনায়ে। মপুংদগী থাঙ, হৈচরাং কাত্তিনচিংবা কৈদান থারগা শেমই। লৈমাশেনবানা চললে, ককচিংদগী য়োৎ থোই। স্না খোংলেংলাবাদি থা'শাবা, মৈতাললোই খুৎহৈবা অপান ফেংবা য়োৎ, লিরুং তেল, তা চুঙ, থাঙ, শিংচং; হাঙমৈ, তোক, য়োৎপি পুনা মুংথং থোরাঙ, নোংমৈ মরু অসিনচিংবা লোয়ননা চৎলে। লালফমদা নোংমৈ মরু চলএ। য়োৎপি থাংপি কোনলু থাঙ খাঙএ। উশংগী য়োৎখোক থাংখোক থোখাং পালনাএ। কৈলোইদগী উ রা য়ানলে লিরুং খাঙএ। কৈরুংব য়াইরেকসঙদগী তেলচৈ তাললে। তাখোক খাঙএ। কাক তানবদা চুং ফিরাল, থাঙ, তা, লাৎপা য়াউএ। চুং ফিরাল কম থমই। পিশোইত্তি পুরেম্না থাইচা অনি, কৈরুংবানা থাইচা মরি, মৈতান থানা থাইচা অনি অনি, য়োৎ পালনবনা থাদা থাইচা অনি খুল অহুমমাগি পাউত্তম থাইচা অনি অসি চাইয়ে লাইরিক য়িবাদি, কৈরুংবাগা মান্নন। চাএ। খুল অহুম্মাগি পাউতম চাএ, ককচিংনা মুংফাল য়াললে। য়াললিভৈদা মপোৎ কৈপি পালনাবানা মুংফাল পুইয়ে, থাং-শাবকি মশিল থোখলদি স্না খোঙলেঙলাবদি মুংথং চেকপ পুদুনা থোখল য়িলই. কৈলোইগা লোয়নাদুনা চৎলে। থাঙফেং মুঙ য়াললায়ে। কৈফমদি অঙৌ পালবা অমা যুবরাজ অমা

অসি পিএ, অতৈদি পিদে। ফৌরুং, চবোল লুংবগি থৌখল মসিলদি ফৌরুংলেননা স্না চিলমললে; চাপোলনা চলয়ে। কৈ পালনায়ে লৈপাক পুম্নমাগি ফৌলুক য়ায়ে। চেং ফৌ য়েলএ। চেংপাক কবোক থা হুম্ফ্ য়াএ। কুম্‌কি খুৎপায় চুমএ। কুমগি চনৌ কৈনা কৎলগা উতোং চাক চায়ে। কৈ নিংঙোল-পিনা মাহারানিদা চানৌ কৎলি। চাঙান্ চানায়ে কৈদা, কৈ নিংঙোলপিদা থুম পিএ। লৈমা নিংথৌদি য়াচাবা থংএ। মুংঙাইনা তিনকোং লাইস্রানা তৌবগুম্না লৈমানায়ে। লৈমারেন নিংথৌ অথোইবা অনিমাগি মুংঙাইনবাতবু গুরুনা থৌরাং-সিনবিদানা নিংথৌ অপানবা তোননিংথৌ ওইদুনা পাল্লিবনে কুরুগী মতিকতি হায়নাঙাই লৈতে থংও। ফৌরুংলেন চাবোন লুংবা অনিমদি নিংথৌনা পিজবা পোৎচাদি নিংথৌ নাই পুরেম্না ফৌ চাংকোৎ অনি, রাই চাবোন পোৎ কুন লৈমানাই পুরেম্না ফৌ চাকোৎ অমা মখাই। রাই চাবোন পোৎ ভরা মঙা, লাইরিক য়িবাগা, ফৌরুংলেনগা অনিমানা ফৌ চাং কোৎ অমা, রাই চাবোন পোৎ ভরা, চাপোননাহানা পোৎ কুম্ত্রা রাই চাবোন পোৎ মঙা, লাইরিক য়িবানা খুপাই চুমপাকি য়িবা-গি কৌ পোৎমাতা শেন চনি। য়ুপালনাএ। য়ুরুংবদি কৈনা লানলুপ কাদানা য়ুকৎলে। লালুপ কাএ। পাচা থৌগলদি নিংথৌনা সনাখোং লেংলগা য়িললি মিনা পোৎ কৎলম্বা রোকই। সংকাই কমমাং রাইতৈবা চংই। স্না খুতোং মঙক মখোং খেৎলবদা ফুন্দ্রে চিংই। লাল্লুপ মৈপাউ চেললে। থেল্কৌ

হালনা শায়ে। লমচেল হালনা চেনলে। নিংথৌ সাগৈ য়িমথাংব পাউ চেললে য়িমচাও নাউদা কৌখৎলে মবুধৌ পাখংবা, সনামহি· গুরু অসিগি থাঙ ফাললে, স্না খোংলেংলাগা চপথাং থোগল খললে মাহারানিদস্তু খললো নিপা মুপী অনিমাগি বায়েন তৌই।

মাইবগী মশিল

অহুম্মাগি থৌখলদি স্না খোঙলেংলাবতা য়োই-রেলনা মফম লিংখৎলে অশৈবানা তেংথানা লাইফংতাবা তানথে'কএ। মাইবানা লাইমিং তিনমিং সোলদানা কোম্থা য়াইথাবগা নিংথৌনা ফমই। মপুং অপিশা মপুং অচৌবা চঙএ। অদুগা হিপই। মৈতৈ স্না লৈবাক অসিগি ফনানাবাদাবু গুরুনা তৌহললিয়ে। লৈরোল মাপলমা লাইনে, নোংলোন মাপলমা তিননে, লাংয়েল মাপলমাদি মিনে। মিনা মি পোকই, সলাই মাপালমানা পোংনে। পোংদি পাচা শলাই সঙনে, মিদি মাইবা গুরু সঙনে, তিনদি অশৈবা তেংথাসঙনে লাইদি য়োইরেল নামুংনাবা সংনে। লাইদি নোংলোন মাপলমাদা লাইরোইনা কাখিরে.। নোংলোন মাপলমাতা লৈহল্লে। তিননা লৈরোল মাপলমাদা চঙখরে। লৈরোল মাপল মাদা হললিএ লাই অনিমাদি লুপখরে মিপোং অনিমানা পালহললিএ। গুরুনা মমিং থোলবিরে লাইমিং তিনমিং তাকপি তম্বীরে, হৈহল সিংহললে উহল খংহললে।

লৈথোং ফাংপা।

লৈরোন মাপলমাবু তাইহললে নোংলোম মাপলমাবু তাইহললে। সল্লাই মাপলমাবু পালহললিএ। মাইবালোন মঙামা কৌনা গুরুনা

মমিং অমরক খোলপিরে। কোংবা লৈথোং কাৎহললে। শাচিক্কু লৈথোং ফুলহললে। কুমচা নৌথৌরে থাজা তেকহৌরে। অম্মম্বা গুরুত্তানা মমাইবা মণ্ডামানা চিংহল্লদুনা চুপপা মোইয়েং নাহৈ লাইশোল তিনশোল সোলহলদুনা লৈবাক মরা চেৎহললে। নোংখো মারাং কায়হললে স্না মৈতৈ লৈপাক্কা অশি অনা লৈহলদানা শাথোং লালথোং থিংহলদানা মুংঙাই মবাং কায়না কুইনা শাংনা অহোঙ অচাও থোক্লা গুপি নিপা অনিমা পুকনিং পৌশিং থোক্লা হয়াউ তাথম্না ফিশেৎ চাকচা রাৎতনা পালহললে। মমাইবা লোইশংগী স্না খোৎলজোন গুরুনা তাকপি তম্বীদুনা তৌললনা স্না খোৎলজোনদি অসিনে অসিবু তৌরবদি লৈবাক মুংঙাইরো কায়রমএ, তৌদ্রবদি থবাই মণ্ডামা শুরকুনো হায়রমএ, গুরুগী য়াথংনে, গুরুদি অতিয়া গুরু সিদবানে।

হিরু হিনাউবগী মশিল :—

মরোল অহুম্মাবু তুই হায়বগি তুপি কৌই।
অমদি মমুংদগী মপাল কাওনা পালসে হায়বাগি
মুংপাল কৌই অমাদি শাল্লাই মাপলমাবু তানা
পোকএ হায়বগি মমিংদি মুংপাল্ল লুরাং সমপুবা

কৌনা গুরুনা থোলবিরে অসি লৈবানা লুরাং সল্লাই য়াম্বা মুংপাল পাচা হকপা হায়না গুরুনা মামিং থংনবা থোলবিদানা হৌজিকমক ওন্না কৌনরিবানে। মমিংতানা অরেপ্পা রে ইদানা থংনরিবনে স্না হিরেল মনাওতা মুংপাল লুরাং পুদাংকু খুৎকোইবগি মকোক্ল তোংহললিয়ে অসিদি মিৎনা উরিবা রানে গুরু হিনাউ শারেদা হায়না ইশৈরোইন, শক্লারে। হিরু হিনাউবাগি

মশিল থৌখলদি শামু খুত্তা শামু মরুন, শামু মতিং, লাই মহাও মশিংখা, মরূ, মমিৎ, কৈ মরুন, খুজিন মহাও, ময়া, মখা, মারৈ, মানাকোং, মকোই, মমিৎ, রোক, শজি, শঙাই, খারিশা, সনম্বা, থেংঙু, রাইখু, অসিনাচিংবা শ'রম ঙারম অয়াম্বগি মরূ ময়া কোই মরুন মমিৎ মাহাউ মশিংখা অসি থুমই। উচেক রায়া অয়াম্বা খৈবিকমক্কি মাসা মাতু মমাল অয়াম্বা য়িশিংতা হৌরিবা লৈরিবা ঙানাচিংলিবা অয়াম্বা খৈবিকমকস্নং খাকপা লৈতানা হেন্তাক অরিবা অসিনাচিংবা চানারিবা খৈবিকমক স্নুনা হিরূ হিনাউবা ঙাল্নুংপা অসিদা তিললে মখোয়না থাংএ সনাচিন ঙা খললে। লাইতিনগি ঙা থাংএ। লংনা তাবা থৌরিগীমখৈকিস্নু তাএ।

*মৈতৈ অশৈবা পেনা খোংবগী থৌগল মশিল*

মৈতৈ অশৈবাগা পেনা খোংবগা অনিমামা অমতা ওয়না সনা থৌগল ফমমাং চঙবদি য়াকৈরোল শকএ ফমথৌ মহিশাংনা থাংএ। সাখি রোইরোয়ে লাইতিনগি ওত্রি শকয়ে সনা লমরোক শকই। লানফা লমরোক শকই। অহিং য়ারোনবা শকই। ল'মাই খোললোন শকই। মিকোল থাকোল শকই। তেংথানাচিংবা ইশৈ অয়াম্বা শকই। হাওপালনবানা চিঙশাং লমপুনা সরোম মশিংখা, লাংহৈমশিংখা মথিপোং মাকে, শারাম, য়েনথৎ,, য়েললাইচি, লৈখাম সমচেৎশানবা য়াংগেল, চামেল, রশোংতু, ময়াং ক্বাক মতু, চিঙথরাও, রোকপোং, স্না শঙ্গাইগি পরিংগী মাইরি, মায়ুদি হাওপালনপানা পালনায়ে উরি কাং,

খাউশুক, তেম কোয়বা. য়েৎপু, ফিশা উতোং উখাওগি মখৈ হাওপালনাবানা পালনায়ে। অসি খিবিকমক খোঙলোইদা পিদানা খোঙলোইনা খাঙয়ে। পরিংলিদি উরুংবদা পিয়ে। খোঙলোইগী মশিল থৌখলদি নাপি শিংবি, নাপু নাশেন, নাতং নাখাই, সিতালৈ, নাদালৈ, লৌতালৈ, চাতালৈ, পুংফাই, রুখোক, রাখোক, তাইরেল নাউহিং মুকথ্রুবি. রু শিংশা লৈখাম, য়েনশিন য়েনপৎ য়াংকেল, হাওনা, ফোলাং, রোকহিদাক, হোংলু, নিংথৌখোংলি, তেললৌ চানম অসিদি চকপা কৌতরুকনা কৎলে। মরোই পুমনামা মখোয়না কৎলে খাংলে। স্না কাংক্রুমস্থ খুললে। স্না য়াথং নিংথৌশেনবানা হায়খোকলাকা পাখোল চৎলে। খোঙলোইগী মশিল থৌখলদি অসিনে খঙও।

**পল্লুংবগী মশিল**

পল্লুংবা মারোইদি পানা মরিমানা পিদানা খলহললে। পানা অমানা মি তরা, তরা তরা, তরা, পুন্না মি নিফুনা বোইনায়ে. তরানা য়িথিং পলথিং, য়িথৈ লৌখোং লম্বেল থোং, কৈ লোই হিতেল মাপলমাদা ফৎতা হাউথি য়েংয়ে। কৈরোইনা চাক খাংয়ে,। মি তরা অমানা খুচুম পেরে থিয়ে,। লালনুপ অমাদা রাই ৫×৭=৩৫ কৈরুঙবা য়াইরেকশঙদ চঙয়ে। মি কুন্না গুরুগী থৌখল তৌএ, অশোয় অঙাম য়েঙদানা স্না থৌখল হোহলতে। য়িথিং পলথিং শোয়রাবদি ঙা লৈত্তে। পল কায়য়ে। ইথৈ লৌখোং শোইরবদি চাক তাঙঙে। খুচুম পেরে শোয়রবদি নিংথৌফি মরেক লাদে। খামেল চপপা মাচু ফৎতে। অসিনা শোয়দনাবা তৌহললো।

লাই গুরু, য়িরৈমা, লৈমারেল, গুরু সিতাপিকি পললুংবা মালোইনে। লাইকি থৌখল খলবাদানে।

তখেল পুংয়েবগী মশিল

তাখেল পুঙ য়েবাগি মসিল থৌখলদি না কানা য়েএ, লাংতে পুঙয়েয়ে, শেল য়েয়ে। চ'মারা শেংতানা চাংকাই শাএ। মা থোঙলেংলাবাদ পুঙনা চ'ত্রা খঙনা হালয়ে। লাইগ তিনগি হরাউবদি পুঙ য়েয়ে। লাইগি পুঙলোন খঙনা য়েএ,। পাঙলনা পেরে সিংকা থোংগনি। নো'ম কামারা থাএ, সালান লাই হিংচাপা ফৎতাপানা কিনা চেনখিয়ে। শাঙম লালঙমনাবা পুঙ য়েবনে। পেরে সিংক থোঙবানে নোংমৈকাপপানে মখোল মারোল থোকহনগনি। মা' থোংলেংলবদা নোইপু', তৌতার, পেনা পাশি থোংগনি। অরাম্বা চৎলাব'দ না কান' য়েএ। সনকি মরুল য়াৎলে।

পানা থাঙবগী মশিল

পানা থাংবগি মশিল থৌখলদি মা চিন পনা চকলে, প'না পুমনামা থাংয়ে। রুরুপনা থাংবা পুললৈ মানবি লৈসংবু অথাবা য়াংলি, য়োইপু য়োয়রৈ পুম্নাম'গি ফ য়ালনাবা য়াইরি, সংকাইকি মকৈ পরিং য়ালনাবা য়াইরি অসি তৌই। পুলৈমাকপি, পানা থাংবা রুরি। রু অথাবা, য়াংলি অসিদি মাইবাতানতা চলতানা মখোয়না থাংএ, ফিয়াললিতি রুরুংপাতা চললি।

খোয়রুংবগী মশিল

থৌখলাদি, য়িরম ইপাল তাপাদগি কোংপ্লেন থৌই হি খোইরুংবানা কুম সুবাদা সিলনারে। সুংঙৌ শুম্বু তৈবাগিমখৈসু মখোয়না তৌই।

হিচাং শংগাই শেলবানা পারেংতাকি সলচি লাংমৈ লাইশল খোই। হিচাং রোকলুংবানা রোক লোইবা খুনদা রোক থাহল্লদানা রোকপাল খোই। খোইরুংবানা খোইপাল মতমদদি খোইপাল চৎলি। কাংকি মাশিলতি য়াঙৌ শামু নমবেল খে, তিংনবা খে উতোং, কাংকারু শাতৌ খোম মায়োকফা হৈনাকোলতোল র়ুরি সেপ্রেৎ পিয়া লংকা পোংব'রাচা, উরি শু কাম্বা উরি অখাবা, কপোখাচি য়াশংচা, কাপোথুম, কাংকারু অসিদি পোৎ শংপাতা চললে। অতৈদি মাখোইনা তৌই খাংয়ে।

কবোনিংথৌগী চাংকৎতি

কাপো নিংথৌ চাংকংতি ফিথা ফিপোং অঙৌপা লেংপানতা য়াননা পুইয়ে' সেলফি কাশেন মানা পালপা খুতৈশেন পুএ। চোং অঙাংবা পুইয়ে। হুম্মাই, থাং, পুইয়ে। পোৎচাদি পললেন্দগি কৌপোৎ হুম্ফু ফংচায়ে। রাইচা লমপোং তরেৎ চাএ থুমপোৎ অমা ফি তরুক ফংচায়ে, খুলতৈ পানা মরিমাকি লোইয়িল নিপাল য়িললে লোইদি থুমখোং পললেন কাপো লৈপাকী মনুংরম সংচায়ে। ফমপাল কাপাতা সেলপোৎ পুএ, খুথৈকি উমুংতা খুল্লাকপাতী ফিথা ফিপোং সেলফি কাসেল মানা পালপা চোং অঙাংপা খাললে থুম কুম্থ্রা চায়ে। লোইদি আইমোন মানুরম, পালা, থারম, লুপলাকপদি ফিপোং অসংবা ফিদা কাসেন পে খাললে লুপলাকপা মরিমা, লোইখোং খাংচায়ে। উমুংতা খুল্লাকপানাচিংবা খুল্লাকপা মরিমানা ফমপাল কাপাত, সনা কাংহৈ খলই লৌরুংবদি অনৌবানে।

লৌরুংবগী মশিল

লৌরুংবানা হৌনাবদি লৌ কোকইবা চৎলাই-তমতা স্না নাকতা খুরুমলৈয়ে। কারকলাবস্তু খুরুমলায়ে লৌকোক ইবগি লৌবা হৌনাবাদি লৌ পরি অমদা শেল চাম্মা। চেগিগা লাইরিক ইবাগাদা শেল য়াখৈনে। লৌ নিলবাদা পরি অমদা উরোংগি শেন চামঙা, লৌখাই লিশিংঅমা লৌপিতা লৌখাই লিশিং অমা, পিপা য়োননাবাস্তু লৌএ। চাকৎ চায়ে পোৎথাং চৎলে। লৌহু কংবদা লৌ পরি অমদা কৌপোৎ হুম্ফু নিংথোদা কৎলে। লৌরুংবনা শেল লাখা অমা লৌএ লৌরুংবাবু খৎনা চৈনাহৈদে। স্না য়াথং লৌ য়োললাবাদা লৌরিম্নাম্না লৌবা হাওয়ৌ পরি তরাদা লৌপরি অমা থাইরে। তম্পাক লৌ তরাদা সঙ অনি কাইয়ে।

লৌ মুননাদানা ফৌ খোইখোকলবদি চিবা হাৎলি হায়দানা য়া কোংনায়ে নাই অমা লৌই। উয়োং শাৎলাবদি য়িরোই অমা কোংহললে। চাকচাদি লৌরুংপুরেল অচৌবনা ফৌ চাংকোৎ অনিগা পানা পুলেননা চাংকোৎ অমা লৌরুংবা মচা পুম্নামানা পোৎ কুম্থ্রা অসি চায়ে। অঙৌপানবাগি কমপাল য়াংকোলকি সেলথাইদি মৈতৈ লৈপাক্কি থৌথল মিকোক অমাদা সেল চামঙা লৌই। চিঙলোই তমপোইদি অঙোমগিমৈখদা লৌই। পোৎতি মতিক য়েংনা লৌই। তম্ফা খুরাই লৈমাগি চাপোক য়াংকোলতি অঙোম শলাইগিমখৈ সেল চাহুম লৌই। মাসিল চংবাদি লিশমনা চংই লি শায়ে। শুনাবা শুমপলতি স্তুক ফালস্থ অন্দ্রোনা কৎলে। চাপোক ফানদি শামু শানা য়েকএ।

খোম'য়িন ফালদি সাঙাই শানা য়েকই। মশিল ৱাগোল পুন্না-মানা চংই। নিংথা নাহোংদি খুল নিংঙোলপিনা সাএ। ৱাংলেন-পমনা স্না লিক্ক শায়ে, তৌদি মোংপাদাগি য়'ললে। মৈবা ৱাদি সিংখাংপমন ৱায়োকতকি, অঙোম ৱায়োকতগি য়াললে। মৈপা উতি লংমাইচিঙদগী শায়োম ৱাললে। নাউক্মদি কয়না ফুমই। কৈ কংগ্রবদি ৱাংলেনবমনা ফুমই। নাউক্ম ফুম্বাদা য়োং মখোক পানবা, থাঙ মখোক পালবা খুকুলু খাংকি অমা কোনয়াই পু অমা অসি থাওই। হৈথম্না য়িরু মাইতায়ে, খোঙ খুং শেংয়ে। সিল পুন্নমা খুংখাই চংএ।

চাপোক মশিল

কংলৈ মৈতৈ লৈমাগি চাপোক ৱাংগোল মশিল চঙবদি নাহাকপন্না মৈবা চিঙই, মৈয়েংবন্না মৈ য়েংই মৈ কামবন্না মৈক.মই। মৈহৌবন্না মৈহৌই। ৱাগোলসংবন্না সংই। নাকলপমনা নাওক্ম পুএ। থাওতেমনা লা লাংএ, লিশমনা লিশায়ে খাইরাকপম তেনগুবম অনিনা স্না লিক্ক শায়ে। নাহাকপম খুলথৌবম অনিনা য়ান-ক্ক শায়ে। পোকলাগা থুনামবদি অরুবন্না শেংই। নাওক্ম ফুমই। অশাংবন্না মাই তায়ে, খোং খুংহ.ময়ে। পোংয়াউদি খোংহামশেল অমা. চাইথাসেল অমা খুতৈ অমা থরুং অমা কিচুম অমা, অরামপমকি খুচাই অমা, খুতৈ অমা, ফাল অমা। অরামপনা য়িরুই। নাঙিয়োইপমনা থা অমা অঙাং লৌই। মুপি পোকলাগা মুপিনা লৌই। নিপ. পোক্লগা নিপানা লৌই। নাকলপমনা হুমাই হুমই,। শাথোকপন্না চাউমই, তোইপিচন্না

কোরি থারাউচি খোংয়ে। থৌপানতোংনা ফুশায়ে! লৈপেক পদি খুরাই মারকন্নিত্তাকি পেকই। কোংপা লাইকমতাকি লম্‌পেকয়ে, মায়াং য়িরুপ্পম্না লুপই, খোয়লেন থাং থাংশাপাত্তি নাওশমনা শায়ে। নাঙশোংফাল খোমৎিল ফাল, ফিশাফাল ফুয়ৈ-চৈ, লৈতাফাল লৈশু-শুক সাফু ফুথমফাল অসি থৈপিকত্তি অন্দ্রোগা শোইচা কমেংগা অনিমানা য়ংললে। কোলনাফি, য়ানাফি অনিমাদি মাস্থমনা শাইয়ে, অঙোমচালপমনা লিক, খুৎশি, খুৎচুম শায়ে। অহৈপম্না খুচাই তেংকোৎ হৈয়ে। শেলশাবানা নাউকমশেল হৈয়ে। শিননাইবানা শাইলুক শায়ে। অ'য়েকপানা নাউশোংফাল, খোময়িল ফাল, লৈতাফাল, পুম্নামা অয়েকপানা য়েকই। ফিদি কুমফিনা থাংএ। থুমদি সিখোংনা থাংএ, য়োৎত্তি ককচিঙনা থাংয়ে। শিঙখাঙপাত্তি মায়াং শিঙ খাঙপানা খাঙই। শেনদি পাচানা থাইয়ে, থাইবদি য়ুমকোক্তা থায়য়ে। রাংগোল শঙ হৌবদি কোনয়াই পু অমা, ফৌ শংবাই অমা, লিকোল, শেল কাকুপ, থুম কাকুপ, ঙাংরেং, হৈরুক পানা, অথুম অহাউ, থাওমৈ, সিধা অনি য়াউই, সংকাবদা লাইয়িংথৌগী ফি ফৈচোম, য়িলনাফি খুতৈ, লাইরেম্মাগি ফনেক ইমাফি ফমফি ফিরাক মরি, থাখল, লাকোই, চু, হৈ, পানা, ক্বা, লৈশং, অথুম অহাউ, খুনেৎ য়োৎ, খুনেৎ শেন, ফমফি ফক, য়াংকোক, কমবি, খোইচু লৈখাব, মৈপা, কোনয়াই, অথুম অহাউ পানা, ক্বা. লংসং মাইবগি শেনকৎ শেল লিশিং মঙা অসি য়াউই।

শিন্নাংবগী মশিল

লয়পেকপাতি থৌপালতোংনা লৈপেকপাত্তা নাহৈ লৈতৌয়োৎ, খাবৈ, চেকপ, য়োৎস্নবি, শরেং ঙাতেন, থুম, মোরোক চেঙ, লা, চফু, ঈরাল, য়েনশাংনাপি কোনয়াই, খুনেৎ য়োৎ, খুনেৎশেল, লৈতৌ তোক, ফমফি ফিরাক অনি, লৈয়োমফি, অথুম-অহাউ, পানা কা, লৈশং অসি য়াউই। লাইফমদি কোংবা মম্নুংদা লয়ে।

লিশমনা লৈপেকপদা লাইগি ফমফি লৈয়োমফি ফিরাক অনি, কোনয়াই, খুনেৎ য়োৎ, খুনেৎ শেন, চফূ ইরাল, খাবৈ চেগপ, য়োৎস্নবি, শারেং, ঙাতেন, থুম, মোরোক, লা, য়েনশাং চেঙ লৈ চু, হৈ লফোই, অথুম অহাউ, পানা-কা, লৈশং, লৈতৌ তোক, নাহাই থাঙ কোনয়াই অসি য়াউই লাইফমদি হাউখাদানে।

থাউতেমনা লা লাংবাদি নাহৈথাং শারেন থাংগোন, লায়োম ফি, ফিমু খারোল, সরিক, ফিরাক অনি, চু, হৈ, লফোই, হৈ মনমনাইবা, অথুম অহাউ, পানা কা, লৈশং, কোনয়াই অসি য়াওই।

নাহাকপমনা মৈবা রা য়ানবদি মৈবাথাং সংগাই নাহৈথাং য়োৎ খুনেৎ, শেন খুনেৎ, ফিরাক অনি, চু হৈ, লফোই অথুম অহাউ কোনয়াই পানা-কা লৈশং অসি য়াউয়ে। মা লিফকী তৌয়ানবদি খুনেৎশেন্ খুনেৎয়োৎ কোনয়াই চু-হৈ লফোই অথুম অহাউ পানা-কা লৈশং ফিরাক অনি অসি য়াউই লাইফমদি লাংকোনতা, তৌনা মুংচেঙতাকি য়ালদে।

মায়াংনা খোয়রেনথাঙ শানবা লুপ্পদা ইরুপ ফি অমা ফৈ-চোম অমা, য়িন্নফি অমা খুদৈ অমা, য়োংশুবি, থাবৈ চেগপ শরেং ঙাতেন চফু ইরাল থুম মোরোক চু হৈ লাকোই খুনেৎ-য়োৎ খুনেৎশেন কোনয়াই অথুম অহাউ পামা ক্বা লৈশং লাইফমদি কোংবদনে। নাউশোং ফাল, ফুশাফাল, লৈত্তাফাল, অসি য়ালবদা লমচিং হুই অমা.য়লহিং থানবা অমা নাহৈ থাং, উতুপ, শিংচং, ফমফি ফিরাক অনি, চু, হৈ, লকোই, পাম্না·ক্বা, লৈশং, অথুম অহাউ খুনেৎ য়োৎ, খুনেৎ সেল, কোনয়াই অসি য়াউই লাফমদি নোংমাইচিঙদানে ॥

সিল হোবগী বা

শিলহোবদি থা নিপাল শুরবগা মুমিৎ অকবা য়েংদনা সিল হোগনি। থোপানতোংনা চফু য়িরাল শাগনি চফু শাবদা সেৎনবা ফানেক অনি, কোকথুমফি অনি, খুকউথাং অনি। লিশাবদা ফি অমা মৈবা চিংবদা ফি অমা। মৈয়েংবদা ফি অমা। মৈকামবদা ফি অমা। মৈহোবদা ফি অমা। স্নালিফক শাবদা ফি অনি। লাইকল ফক শাবদা ফি অমা। পনদিৎতা ফি অমা দথিনা সেল লিশিং মঙা। থাং শাবাদা ফি অমা। কোনশাবদা ফি অমা। অহৈবাদা ফি অমা। সেল শাবদা ফি অমা। অয়েকপদা অমা। সিলনাইবাদা ফি অমা। খোয়রেল থাং শেম্বদা ফি অমা। হি-শাবদা ফি অমা। খুৎহৈবদা ফি অমা। য়ানফি কোলনাফি শাবদা ফি অমা। পাইজা সূবদা ফি অমা। থাউতেমদা ফি অমা নাকলপমদা ফি অমা। শাকপপমদা ফি অমা। নাউরোইবমদা

ফি অমা। অশাংবমদা ফি অমা। অয়ামবমদা ফি অমা। তোই-পিচমদা ফি অমা। য়াংগোলশংদা ফি অমা। য়াংগোল কৈরুং-হলবদা ফি অমা। মাপূ মিৎয়েংতা ফি অমা। সিঙসুবা মঙাদা ফি মঙা। লোইকারিবা ফমতা ফি অমমম পিয়ে। থা মাপল সুয়বকা য়োকথোং সনথোং ফাৎপাতা নাচৈ অনি, য়োৎপূ অনি য়েৎপূ অনি য়ূতোং অনি, তেম অনি, কোনয়াই পূ অনি, অথুম অহাউ, চু লফোই, পানা ক্বা, লৈশং, হৈ মনম নাইবা, অসি য়াওনা চফু, ইরাল য়িকপদা ঙা পারেং, ঙাখা, ঙাচিং অথুম অহাউ অসি য়াওই। লা য়িকপাদাসু অসুম য়াওই।

নিংথৌ মচা পোকপাতা মায়োকনবি লুখ্রানা তৌফদে, পোকলগা মাইপিনা খোয় লেললে। খুলথোপম্না লৈপাক তৌই। অরুপনা নাউফম ফূমই। নাউফম ফূমপাতা য়োৎ মাথোক পানবা অমা, থাং মথোক পানবা অমা, খুকলু থাং-ফি পোৎ অমা, কোনয়াই পূ অমা অসি য়াউই। অশাংপমনা খোংহামএ মাইতায়ে। অয়ামপমনা য়িরুয়ে। যুপান থাপাতা লফোই লাফাং চংথোকপা অনি, হৈ মনম নাইবা অনি চু, হৈ, অথুম অহাউ, পানা ক্বা, লৈশং অসি য়াউনা অথেনপোৎ অমা ফৌদাং শঙবাই অমা, খোমলিলবিদাসু অথেনপোৎ অমা ফনেক ইন্নফি শেল লিশিং মঙা মাইয়োকনাবিদা অথেনপোৎ অমা ফনেক ইন্নফি সেল লিশিং মঙা য়োমই। যুম শেংবাদি পাচানা ফি সুই, পাচাকা মাইবগা অনিমানা ভাইরেলনা হাইথোক্কই মাপেল য়োকচানা অঙাং পমই। ফনেক ইন্নাফি হোংই থা

অহুম স্থবাকা চারুমই।

চউন্থগী পোৎয়াউ

চারুম্বাগী পোৎয়াউদি চেংমি ঙাহৈ, ঙাশিং, ঙামু, ঙানোই, পেংপা, ঙাখা, ঙাচিং, ঙাশিং, স্থইয়ে।

চাকয়িলবাদি শাতোকপমনা থিনলে। মাহায়ানিদি সেল চানি খায়য়ে। অপালবিদি শেল মাঙা খায়য়ে। তু অয়াম্বদি শেল অহুম খায়য়ে। য়াংগোলসঙদি কয়রুংপানা লৌই চাপোক সংদি মাবেল য়োকচানা লৌই। চরুম নাইদি কৈনা কৎলে। নাই থয়পিকতি পানা মরিনা পিয়ে।

নিংথৌ মচা পোকলাবাদা খু থ'না চংলিবদি মাইবদি লৌ অমমমম পিয়ে। শুপি পোকলাপদি পিদে। মাহারানিকিতি মুপিম্ব নিপাস্থ পিবা হৌনায়ে।

নিপাদি চরুম্বাদা মপু লৌরুংবা পোংলোই শুনা কৎলে। চরুম্বগি চেঙদি চেঙমি ফৌকাক, সঙসংবা, য়িরোইয়া, ফৌ-তোংপা, শাগোল য়াংবা, অসি য়াকচিং কৈনা খা'য়ে। তি শাংনা য়াংকোকা লোংগা কৎলে। খোয়পু খুম্লেন অনিমানা ফক কৎলে। খোংঙাখুল নমপাখুল অনিমানা মেলয়াই কোরেক স্থমচিৎ অসি কৎলে। য়াংকোলশংবমনা য়াংগোলশং শিংলে। অয়াম্বমনা চাপোকসঙ শিংলে। য়ুম শেংবা শুমিত্তা পাচাহলবাদা ফিরোই অহুবা অমা কৎলে। য়ুমচাও নাউদাগি থৌদি নিংথৌনা শিরগা মৈকোইবা চঙই। মৈতৈ লৈমানচিংবি য়িপেম্মাসিংনা সিয়াগা মৈকোয়বা চঙই। মৈকোয় নাই পিয়ে। লৌ পিয়ে,

লৈমাসিচাকি বায়েন তৌই। নিংথৌকি মচা সিচা লৌবাদা নাই অমা তালই। সিচা অয়াম্বা লৌবাদা ইরোই অমা তাললি। খৎনারবদি সিচা মহাকপু চৈবাদা ইরোই তালই। মপা চৈরাবদি নাই তাললে। থায়নারাবদি ময়ুমদা লৈবাগিমখৈ তুমনা লৌদানা চায়ে। নিংথৌগি মতু লৌবাদি মাসল মনাই লৈবাগিমখৈ তুম্না লৌদানা মায়িম য়ানথেকই। য়িংথোলদা হৌবা উ, বা পুম্নমা পামতল য়াললে। নিংথৌগি থৌ থোক্লবাগা লৈমাসিচা মারা চকুম সেংবা পালনায়ে। লায়য়িংথৌ পাখংবগি সংশাবা পালনয়ে। সেল লাখা কুন ফংই। নিংথৌনা কমপাল কারাবগা লাইয়িংথৌ পাখংবদা অথেলপোৎ সেমদানা পোৎলাললে। নিংথৌদা পোৎ লাললে। পোৎচাদি বাংথৈলাকপমনা বাংথৈ থুম ফংজয়ে। বাংথৈময়ুমনা কম্বাল নাই লৌই।

খাইরাকপম্না স্না লিফক শাবগি ফৌপোৎ হুম্ফু লৌই। নোংমৈকাপ্পম তেনশুবম অনিমানা লৈমা অয়াম্বীবু প্লবগি ফৌপোৎ হুম্ফু লৌই। য়ুমচাউ নাউদাগী লৌগি মথৌ নাদে। য়িল খোলকি মথৌ নাতে। সনগি মথৌ নাদে। লম্বি থোংগি সেল-লৌদে। সেলখাই থুমখাই চংদে। রায়াল উয়াল চংদে। রামৎ য়িরাই চংকদে। কমদা কানা বা মৎফদে। খৎনারাবদি মহাকপু চৈবাদা ইরোই কাইয়ে মপা চৈরাবদি নাই কায়ে। নিংঙোল মরা শামি লানমি খনবদে। খেত্রিগি থৌখলদি, ইশিং শোকই স্না চিন চেংপাক শুইয়ে। লাকথোংদা স্না থোংলেংবগি থৌগল তাইয়ে। স্নাথুাং খললে। কংলা সংবগি থৌগলদি নিংথৌনা

ফম্বাল তোংলাবগা কংলা রাই তৈয়ে। থাউমৈ থাদই। ফিদা পুশিললে, কৈরাক খুথা নমই। ফমতোংবা লোইরগা পোৎ অয়াম্বা ফংই। লৈমাতাক মাহাদদি হাউনা পুশু পুইয়ে। সুংঙৌয়িকই।

চিংথংখোম্বা মা হাকথক্কী মণিপ

মৈদিঙগু চিংথংখোম্বা হাকথক্কা কারাতাকি মায়াংনা সুঙ্গুপুইয়ে। যিরুবা মৈতানদি লাল-লুপ অমদা পোৎ তরুক পিয়ে। লাল্লুপ অমদা সুংঙৌ চাং অনি কৎলে। ময়াংনা ঙমু চিলরোক তরা ঙা চাং তরা লাললুপ অমদা রোকনায়ে। কুম অমদা অন্দ্রোনা যিচুমফু তরা, সেকমাই খানা ফু কুন কৎলে। থৌপানতোংনা রাইহৈফু তরা যির'ইপু তরা চাং সুম্মু লোননাবা ঙাংখা তালই. শিঙ তালই। খামারলনা কেকাম খুম শোই নাই য়। অরাংপানা ঘি হাপনায়ে। অরাংবানা অহিং নোংশোইনাবা থাউ তাললে। কেরুংবা য়াই রেকশাঙতাকি সুং য়ালনাবা থাং য়োৎসুপি চেক্কপ য়োংকি থাউমৈ থাপৈ য়োৎ য়াংকোক সুমশিৎ থিখুমফি মোইথাল মেরা হাও-চোংবদা চুং তা অসি তালই। নিংথৌনাই হাউ নারুরগা ফম্বাল কারগা ফম্বালনাই ফংচৈয়ে। থম্বালফি বৈথবসুং ফংচায়ে। লাইগি নিংথৌগী সুপ্ন চললি। হলচাবা হিদং নাহারাকপা, পাখংলাকপা, লাললুপ অমদা সুং চাং অমা ফংজয়ে। হিদাক ফানবা সংলেনগি থৌখলদি স্না তাংপল য়াউনা লাকখোংদা ঙাইয়ে। লাললুপ তরেৎনি শুবদা নিংথেম সুপিনা হিতাক চুহি খাইদামা হিদাক সুইরে। লাললুপ সুমিৎতা চললে; তিকিস্ন সুইয়ে। চেঙ মিরুক

কুম্থ্রাহুমদোই, সিঙপোৎ অমা তাললে। হিত্তাক ফানবি কলচাবিদা ঙালথক চললে। মৈ চাফু আরোলপা পুইয়ে। নিংথৌ সেলবানা লাকথোংত্তা কম্দানা স্না খুদোং মহি ঈশিং ফোংয়ে। খুৎপাই খুদোং থললে। স্না খুদোং মথোং মঙক খেৎলবদি, সেললুংবা য়াউনা সংলেলদা চংলাদানা লংলা য়ুংতুনা খেংকনি। খুৎস্থ খুৎলাই কমদা থমই। চেকুপ রাইকুপ তালই। কমবি থোয়রু থাউ কৈরুংবা য়াইরেকশঙদগি তালই। মথোংদি পোংশবাদগি তালংলে। মাঙক তেংনাদি কংলানা চলই। পারোং নৈথোং য়াইয়ে। পাঙল য়িংথোলগি হিত্তাক চুহি হয়াই আফিংলৈ য়ারোই মারু পূন্নবা নাইয়ে। সৎপা চৎপদি চাপোললুংবা, ঙারুংবা, থুমলুংবা পললুংবা অতৈ নত্তে অনৌবনে চেসং খোপালতোং, তিললি ফুংস্ত্র মাসিলনে। লাংগোল হিদাক কৎলে। থাংগানা উথম হিত্তাক কংলে। চন্দ্রথোং থুমলুংবা চংই। লোইফম আনান তাংখুলনচিংবাগি মাথৈ লমচাপা চংই।

| | |
|---|---|
| তাংখুল থাবাং লুপকী মশিল | অনিমানা মৈথু হিদাক কৎলে। য়িরেং, মাথাল খুলথু, মপাউ, য়িরৈমা, লৈমায়েন গুরুসিদবা অনিমাকি লোইনে। লমচা লমপু চংফাদে। |

লোইকোকনে। কায়খুল, কা চুপ খুল, খুন্তোং খুললেন অসিদি লমচাপাং চংএ। হিদাক ফানবা মাচা মাশুদি নিংথৌ মচা মশুদা থলফদে। অনাল নালফানচিবা হিদাক কৎলে নাই থৈপিক চৎতে। চারাইথাংত্তা লেকই। থৌখল চাক চায়

য়াকু খোৌপান্তোং লোইদি য়িহালাই, সেকমাই. খরিখুল চকপা কায়েং. কৌভারুকতি নত্তে। য়াইকোক, সোইচাকামেংগা অস্রো-নস্তে, চন্দ্রখোং. নিংঙেল, সিখোং, য়াইখোং থুমখোং পললেন ককচিং লাংঙাখেল অসিনে।

ভালয়ৈবগী মশিল

ভানয়ৈবাগি খোৌখলদি পুংচা য়ৈয়ে। তিনথুং লাইথুং সল্লাই য়েংই। য়াইপুং য়াইশেল য়েংয়ে। অসিনা মি অমনা নাই হাইবাবু য়েংনদে হায়বগি শাখিদি চৈরাপনা য়াইরেকশংনা কৌদানা য়েংহললাগা মখোয়গী মাচিলদাগি চংলি। য়াখৈ চাম্মা কংজয়ে। লাই পাখংবানা খোৌনিবদা খয়োম লাকয়ে। স্নামহি য়াবা য়ুম-পুম থুদিং চংতনা সেন খাইদনা মৈরিংনায়ে। নিংথোৌনা খাউ-পিদানা মৈ মুৎহলন্দে, স্না খোংলেংকবদা পুংচা পুদানা চংলি। অয়োকপানা উতুপ মৈরা পিয়ে। থোৌয়াংশং শায়ে অরাংপানা খাউ খুম অমা পিয়ে। অসি অনা চত্তে। পাৎলোইবা য়াওদে। নিংথোৌনা পাৎ অমা পিজয়ে। তা'খুলস্নং পিওয়ে। লাইতিন অনিমাগি চাকচা পিজৈ। লাইনা তিম্না য়াইয়ে। লাইরুম তিল্লম খঙনা নিংথোৌনা তোৌহল্লে পুংচা কায়হন্দনা তোৌহল্লে।

মাইবা শঙগী খোৌখল লোন

মাইবা শঙ অহুম্মাগি খোৌখললোন চায়গে -য়োয়রেল সঙ নামুংদি লাইক মতিকযম লিংখৎ-কানি। পোৎ লাকানি লাই তিন শঙহৎপনি। অশৈবা লোইশঙনা লাইতিন অনিমগি লাইচৎ তিনচৎ খঙনা তেংথানা য়িশৈ শকনি। পাহায় লোই খোমগনি। মাইবা

লোল্ মঙামাতি লাই মঙামাগি মমিং খঙনা খঙনা লাইশোল্ ত্তিলশোল্ শোন্দুনা নাহৈগনি। চুপশা য়োইসালাকা কোনচল্ য়াইচল্গনি। পাচা সাল্লাই লোইশংদি লাইদি মুপিনে, মুপিগি রায়েল্ তৌগনি। লাইগি থাঙ খলগনি সঙ মরিমা অসিদি অমানে। চুপ মরিমাগি মমিনে, থোনা ইনা তৌহৈদে মিফা মিপূলহৈতে। মরিমাকি মমিংদি তানয়বানে পেনা খোংবানে অনিমদি মমিনে, অসিস্থু নাহৈতে। ল ই মঙামাদি তুলাইলেং রোই নায়ে। কোনলোই পাবোৎ শাকোল্ থুমখোং লৌনায়ে। লাই মনাইনাচিঙবা অয়াম্বা লৈয়ে। স্না খোংলেংলগা মাগি মাগি থৌখল্ খঙনা খঙনা কুরুনা তৌহললে্। মাইবা সংদি গুরুগি সংনে গুরু লৈয়ে। অসিনা লাই নিপাল্মা লৈবানে খঙও। অসি লৈবানা মাইবা সংলেন কৌবানে। পাচা পামোন হায়বদি মাইবানা পামোননে। অনিমানা অমানে। অশৈবা সঙ অনিমানা অমানে। অশৈবানা তিলনে নিপানে। য়োইরেলনা লাইনে মুপিনে। অসুমনা মুপা মুপি অনিমাগি মশিল য়াপা লাইদো মুপিনা লোংলিয়ে। নিপানা উপলিয়ে য়েংউ লৈপানে, খঙউ।

চৈবাউবা মুমিত্তা তৌগদবা থৌরম

চৈরাউবা মুমিত্তা চৈরাউবা লোইরাবদা লৈপাক নোংথৌ মরা চৈৎননবা হায়দনা খুলচা নাইচা অনিমা অঙম্বা অথোবা, সাচিং লানচিং সংলেন লাকপা, কৈরুং শেল্লুং, হাজারি, সতরান, চৈরাপকি য়িঙ্শিং পুত্রম নোংথোন অঙৌ-পানবা গুরুনচিংবা পাচা অমাই অশৈ য়োইরেল সঙ মরিমানাচিংবা শঙপালবা অয়াম্বা খিবিকমক

নিংথৌগি পোংবৈফমদা ফমদানা চহি অতুগী ফত্তহাওদি চঙদানাবা লাইথুল তিনখুল মেলহলগদবনে। গুরুনা লাই মঙামাবু মাইবারোল মঙামানা মেলহলদানা থরাই মঙামা মিগা খানা তরুকমাবু মুঙঙাই মারাং কায়নানাবা হরাউ তথামনা পাললনবা লাইতিল্ অনিমাগি মেলদানা মুমিৎ হুমনি, মঙানি, তরেৎনিনা অমানে। মাপলনিনা লোমগনি হারাউনা নিংথৌনা নোংলোল্ মেলগনি। হরাউনা মাহারানিনা লৈরোল মাপলমাবু তাইগনি। মুপি মুপা অনিমা হরাউনা সামগনি থৌচৎ য়িচৎকারোই। লৌচৎ শিংচৎফাদে হায়বা খঙঙ। মি অতু, অতুদা চঙদানা লৈবানে মী অতু অতুগি লাইফমনা য়াচারে।

কোংবা লৈথোং ফাৎপা

কো'বা লৈথোং ফাৎপা কৌবদি গুরুনা তরানিথোইমাগি ফংভবাবু ফাৎতোক্লুনা লৈরোল মাপলমাদা চংহলখারে হায়বগি লৈথোং ফাৎপা কৌই। শাচিফু লৈথুন ফুনবা হায়বদি গুরুনা থা তরানিথোইমা অসিদা ফৎভাবা লাইহিংচাবা করম্বাবু অহোবা অসিদা কারকভানা তাইপং মী নমু পোং করম্বদা চংগনি হায়বগি সচিফু লৈথুল ফুলবাবু মেল মেলবা কৌনা মামিং থোনপিয়ে। লৈরোল মাপলমানা ফাউবদি মুমিংনা থোকপাদগি মুমিংনা তারুবা য়োনা ফাওরুইয়ে। অতুগী মথক্ত নিংথৌ নিফূ তারানিথোই-মাকি মথক্তা তমপা য়াইনিংথৌ নিংথৌ অথোইবা কৌনা গুরুনা মমিং থোলবিদানা সেকপিল মাথোল মাপল মুবাবু খালভানা ফমতোংহলদানা লৈপাক মারোল তরামন্নিমাবু খুৎতা থুমনা

পালহল্লে। অসিনা নিংথৌ অপালবাবু ভাইবং মি নামু পোংনা কিনা খল্লিবানে।

ফৈদাগী মশিল থৌখল

অমদি ফৈদানা স্না খৌগল ভৌবা হায়গে। ফৈদাদি সঙপালবা পুন্নমানা য়িয়ামমা কৌই ফৈদাদি মিয়াম কৌবা চৎতে। মায়লনাই লৈরাবদা কৌগনি চৎকনি। নিংথৌ মচা অঙম্বাদা ফৈদানা চংফাতে। মাহাবানিনা লম থোকপদা কৈ মুপীনা তুলাই পুই। ফৈদানা কোনচি পাই। পাখং লাকপা নাহা লাকপা অনিমানা চিংদনা মাংদা চৎলে। অমদি ফমমাং চংবাদা নিংথৌ অথোইবা-ও য়োইবুনাই ননাইশিং স্না থৌখল হৌনাবা রারি লিব। ইশৈ শকপা পেনাথোংবা স্না থৌগল অয়ামবা চংজরকলে হায়না হংকৎলমই। কম্মাং চংবাতি ফৈতানা পাউতাকএ। য়িয়ামমা নিংথৌ সেলবা নোংখিল মিৎতি য়িমিৎনে। অহিংমিৎতি নামিৎনে। উচেক রায়া য়াউরা খোনজেল্ হৈও। নামিৎ নাকোং সিংও হায়না পাউতাকই। ফৈতানা অহিং কোলমুং চংবাদা লিচৈ মাভোল্না লৈপাকতা খোরক খোরক অসিনা লাউবা মাখোল্ ভাবাদা ফৈতা চৎলি হায়না খংহল্লগনি।

নিংথৌনা কম্বাল কাবদা

নিংথৌ কমপাল কাবাদা হলচাবানা চপথাং অয়োংবা খল্লি, হিভংনা য়িলচম খাল্কানি। পাখং লাকপা নাহা লাকপাদি মৈপুল্ লিচৈ পাইনা খল্লগনি। অঙম অথৌ চৈরাপকি য়িঙু সিং পুখনামানা চংবাদা কৈভানা মাঙদা চৎকানি। লৈমা নিংথৌনা

পানা পিজবাদা কৈতাদা হাল্না পিগনি। অদুগী মথংদা কমথৌ নিংথৌসিং মাথং মানাউ খঙনা খঙনা পিগনি। কৈতা হলচাবাদি ফিপোং ফিতা কাশেন মাঙতা পুগনি। হুমাই থাঙ থাউ থাং পুগনি। তুলাই ভোংই। লাকখোংদাগি হোৌনা মৈরা থালই। চকচাদি মাবুথৌ স্নামহিতাকি থুব অমা চাইয়ে। হিতংতি কাশেন মাংতা য়েপনা পুইয়ে। চাকাতা অচালবি কয়তকি কৌ চাংকোৎ অমা চায়ে।

পাথং লাকপা নাহারাকপা অনিমাতি কিতা অসংবা পুই। কাসেল নাকলতা য়েপনা পুইয়ে। পোৎচাগি কৈথেলকি পোৎলাক চাই।

কৈতা অপুম্বানা চাবাদি য়িংথোল অয়ামবা পালনায়ে। পাঙল য়িংথোলকি হয়াইদি কৈতানা লাকখোংতা চললে। সং অমা সাদানা লাইরিক পাইবাগা খংমানায়ে। কৈথেল অয়ামবানা বা লাল থোকলাবদি লাকখোংতা বায়েল তৌনায়ে। অমাদি কোলনুংকি য়োইপু য়োইহৈ নিংথেম নুপি তু অয়ামবিশিংনা বাথি বামাং থোকলাবদি লাকখোংদা বাথি বাথেন তৌনায়ে। কৈতাতি থৌনা য়িনা তৌকদে নামুংয়ে লাইরুপনে খংও।

অমসুং হায়গে হৈয়ক থোইরুংবা, হিরু হিনাউবা, য়িরুংবা বারুংবা, অসিন্থ মিৎয়েং চংই। কৈথেল মাপলমাকি লাইরুক মাই খংনা খংনা কৈতানা য়েংহনগনি। য়েংনা বায়েল খংনা খংনা কাইথোকনি কৈথেল মাপলমাদি মানুংতা লৈহোরে,

হৌভিক্তি ময়াং ঙম্বাগি মবুধৌ হাকথক্তা খা অয়াং কৈথেল অনিমা পুথোকই। মৈতৈ নিংথৌ কিয়াম্বা, পোং নিংথৌ খিথোম্বা অনিমানা কাংপোকপি থোংনাংবু অয়াং কৈথেল লাইভিন কোলদা পুথোক তানা থনমই খা, অয়াং কৈথেল অনিকি বা হায়গে। কৈথেল য়াপলমাগি মমিং মাপলমাবু অনিমাকি মপুংদা লৈরে, অসি লৈবানা কৈথেল মাপুংতা মী কনাগুম্বা অমতনা থোংউপ উপপা ফিরুক থুম্বা পে খালবা ফিতা পুবা, থাং তা পুবা উতুপ থেংগু পুবা অসি খিবিকপু তৌহৈদে। কৈফতানা য়েংদনা পালনায়ে। অমদি মী কানা অমতনা মপোৎ মচৈ মাংবা পোৎ অদুবু লূকমাইদা থারম্বাবু পাক লোদে। মী অমা, অনি, অহুম, মরি মঙা স্নুনা থংহললমলাকা কৈ-তাদা তাকনি। কৈতানা য়ায়েল থংনা তৌগনি। য়ানাদ-রবাদি লাকথোংতা তৌগনি। অতৈ তৌফাদে থংও।

অমাদি কৈথেলদা মীকা মিপুল তৌহৈদে। পোৎথোম চৈথোম্‌ফাদে। তৌরাবদি নি·থৌগী ইয়াৎ থৌনি তৌনায়ে। মাপোৎ মচৈ মাংজয়ে। অসিনা কৈথেলগি য়ানে। নিংথৌ থোকলাবদি কমগনি য়িললুম খাকফাতেয়ে। থংও॥ চিয়াং ইংথোলহৈ, 'মোইরাং ইংথোল হৈ অনিমাদি লা·গোলহৈ খুদেং মঙা মুমিৎ মঙানিগি॥ মোইরাংহৈ খুদেং মঙানি। কৈতানা হৈরুংবিতা চললে। হৈরুংবিনা স্না লুকমাং শেমতানা থমই। কৈতানা তালথোকই। স্না থৌগন্দা শিন্নায়ে।

নিংথৌ শেনবগী মশিল

নিংথৌ শেনবানা তৌবা থৌখল পোৎলোই হায়কে। সেলথক সেনখা কিদা কাংহৈ চকথাং অনি, থাংশাং অমা ফিরোই মারোইফি কোকথোন্ অমা নমথাং খুৎহৎ অমগা নমথাং অরোনবা অমা লেংয়ালথুতে অমা ফুরিৎ খাংচেৎ লুকমাং খুতে অমা মারোল মাপল মানে। খোংয়োম খুদোল খোংউপ অমা স্না শকয়েং শায়া কিথল অমা খুরুম খুচিন অমা খুচিনশেন খাউদা হাপপা সমচেৎ সময়া শমখাউ সেলপোৎ অমাগি মপুংদা স্না য়াথিল অমা সিংতুম, য়েৎতুম, কাঁতি পুমচাউ খুচিনথাং অসি হাপকনি। অমদি মায়োই অস্নুবানা তিলবা হিদাক মারোই অস্নুবা হাপকনি। কোনয়াই খোইরু খুৎপাইস্নু হাপকনি। লংফি পুম্নমা অসিনা য়াইরেকশঙদা সিলনাদানা থমহলগনি। শেললুংবা, নিংথৌ সেলবাগী থৌখললোন অসিনে।

য়াইরেকশঙগী থৌখল

থৌখলদি স্না খুৎস্নু সংকাই অমা, থেংকু পাইজা খুৎ অমা, কাঁচৈ অসি থমই। কাংক্রম কাংহু। স্না থৌখল তৌকাদাবা হায়গে অহললুপ লাইফম লাললুপতা স্না থৌখল পাখোল মুমিৎ মঙানি মঙানি পুনায়ে। নাহারুপ. খাপম লাল্লুপ্তাস্নু মুমিৎ মঙানি পুনায়ে। স্না থৌগল মারোল খঙনা খঙনা খলহল লমই। সেললুংবা অনিমানা স্না য়াথিল হুক্ চলই তুমস্নু তুমই সেললুংবানা স্না য়াথিল থৌখলক মহৈ, লাইরমগি চাকচা য়োইনা চাহললকই। কৈদমী কৌপোৎ ভরা কংজহলই। অমদি সেললুংবানা

খোথল চাক চাগদবদি পানা শেলুংবা অনি, অনিনা শঙ্ শেল্লুংবা অমা আমা পি। শেল্লুংবা অমা অসিনা লাললুপ চুপনা চাহললে।

-শেললু'বানা ফ'দরবদা থোগল ফংজগদবদি মতিক য়োকপা নিংথৌ শেনবদগি স্না য়াথং লৌতুনা পানা মরিমক্তগি মঙা তরুক থমগনি। থমদনা চাহল্লকনি থোগল চাক কৌশিলবদি শংগাইরেন শংবানা কৌশিললি সঙস্নং সঙ্ঙে।

অমদি মঙানি তরেৎনি থোগল থোকলকলাবদা শেল্লুংবনা ফমমাং চঙই ফম্মাং কৌবদি খুনচ' সঙসেলবনা কৌশিল্লে। মতমদি মুমিৎতাং য়ুথক্তা কৌশিল্লি। ব'চেৎ মৈতানদি নিংথৌ শেনবানা কৈরুংবা য়াইরেকশঙ্দগি তাললি, মৈরা সিঙ চেপতি সিঙখাঙবানা চঙই।

সেলথক সেনখা থাংশাং স্না থোগলপোৎ পুতানা চঙই। সংকাই সঙবানা য়াই শিৎলমই। মৈ হৌরমই, পোৎসংবানা ফিথা থারমই। ফমমাং য়োরাবগা নিংথৌ অথোইবা-ও। ননাইশিং স্না থোগল মসিং সুনা চ জরকলে হায়না হংগৎকনি। য়ারি লীবা ঈশৈ শকপা স্না থোগল হংগৎলমলগা, কৈদানা শংগাই মস্নুংদগি হৈরুক পানা লৌথোকই। অতুনা নিংথৌ শেনবাগা কৈতাগা ইবেম্মাশিংগা অহুম্মানা তিন্নদুনা থোং পুমমামক স্না সেলচুম নম্নায়ে। চানা চুমচললে।

থাকম, লাইফম লাল্লুপ অনিমাদা লাইরিক য়েংবা জোইশংনা য়ারি লিবা লাইরিক হৈবা থোগল চ'য়ে।

নাহারূপ, অহল্লুপ লাল্লুপ অনিমাক্তা খেত্রি লোইশংনা স্না খোৌগল্ বারি লিবা লাইরিক থিবা খলবা চংএ। মশিল কৌই।

খাগেম্বা স্না হাক্তকী

খাগেম্বা স্না হাকথক্তাগি হৌনা চঙই লোইশং লিংলকই মাগি মাগি মসিল কাইহল্লদানা ভোইহললমই। নিংথৌ সেনবানা ফম্মাং মৈ লিংবদি নোংয়াই মতুং পুঙ্, মরি তাবা য়ৌনা লিংই। অদুগী শংগাই সেলবানা নোংঙালগদবা পুঙ অমা লৈরিঙৈদা নিংথৌ শেলবগা কৈদাগা অনিমানা সেলগি চাচুম হাংই। নোংঙাল পুঙ য়ৈরগা নিংথৌরেল্ অথোইবা লাইনিংথৌ-ও। ননাইশিংনা স্না নাক্তা অয়ামবা বারিলিবা য়িশৈ শকপা লাইরিক থিবা ফম্মাং চংবা মীদো ফম্মাংতাকি থোকচারে হায়না কৈদানা স্না নাক্তা হংগৎ-চারে। অদুগী মতুংদা মাগি মাগি খোৌখল পাউ তমই। মতুংদা সঙ্ সঙ দা চংয়ে। নোংঙালপুং অহুম তারাবাগা লাকখোংদা খোৌগল পাউখোল চঙ্লকলে। লাকখোংতা কৈতাগা শলখোম তংই। খুমচৈতি কৈপিচালানা পিরারে। য়িপি নিংথেম নুপিসিংগা চুম নমদানা সিলনারমই, স্না খোৌখলদি পানা অমমমগিনি। চাককমপা মঙা সেননাক তরা অসি হাপ্তনা স্না খোৌগল তৌনায়ে। মাশিলতি স্না কাকোক অরেমবা লরুপাক অংসবু পুইয়ে।

কৈপি চালানা লুপাক ঙাকয়ে। স্নাখোং লেংদানা পোং-বৈফধদা স্না খোৌগল তৌগাদাবত্তি পানা শেল্লুংবানাচিংবা সেলনাক শেলখক সেনখা মাংরোইননা সেলনাক খলগানি।

হিতাক ফানবা শেল্লুংবা অয়াম্বা অনামসং হলাজবা থোং সেল-লুংবা অসিনা ওয়রোমদা খল্লাগানি।

ফমথৌ নিংথৌ অয়াম্বাবু কৌশিল্‌লে ম্না য়াথংনা হায়বা হৌরগা ম্না য়াথং মতুং ইন্না অঙম্বানা রা হংগৎকনি ম্না য়াথং লৈতানা রা হলকৎফাতে। ম্না মাংতা পানা চাবা, লৈ চিনবা নাপা চিকনা রা ভাংনবা লোম্না রা ভাংনফদে। রা অসিবু তৌ-দরাবদি থৌখলনাচিংবা চংলিবা লোন্ কাইবা কৌয়ে। অসি থিবিকমক শেল্লুবানা য়েংনয়ে। শেননাক শোকলাবাদি কৈদা শুমই। নিংথৌ শেনবাগি হৌনা মরমচৎতি শেল্লুংবা অহন্না লাই পানায়ে। পাখংলাকপা নাহারকপা অনিমানা হিদাক-সুংবা, মৈকাপপি, শামুসঙ্ পেরেখোংবা শিংগা নাকানা য়ৈবা অসি পানায়ে। লৌরুং পুরেলসু ওইয়ে।

নিংথৌ শেংবগি সেবাদি অরাংবা, ফৌরুংবা, লৌরুংবা থাংসাপানাবা, পাইজা সুবা হিরুং হিনাউবা পুরেল অসি ওইনায়ে। মরোল অমদি নিংঙেল থুমচাউপুরেলদি পানা মরি-মাগি আরা অনাসু পুইয়ে। অমদি ম্না খোংলেংলাবাগা কৈ-রোইনা নিংথৌ সেলবাগি থৌখলসঙ, কৈরুংবা য়াইরেকসঙ্ সঙ অনিমা শারমই। য়াইরেক সঙগি মমাংদা কৈরোইনা লম থাংই। চাককপোৎতি লোইনা পুইয়ে। য়াকু লুপাক, কোনপু লুপাক, ম্নাচিনসু কৈনা পুইয়ে য়াকুতি সঙগাই শেনবা হিচাং নাবানা পাননায়ে। সংকাই শেনবানা ম্না পুখম ম্না তেংকোৎ ম্না লুকমাং মারোই পুইয়ে। ম্না খোংলেংবা হল্লকপদা

লাকখোং লাকভোন অনিমা য়োৱাকপাভা কৈভান। নিংথেম ম্বুপিভা সিলনায়ে। স্না থোৌখল পোৎ অয়াম্বানা মকম মকমদা নিংথেম ম্বুপিনা পিগনি। অমদি মহারানিনা সেম্বা লৈনা- চিংবা লুপা কাতি স্না শম অকেলবাম্বুং শমখাউ লৈখাউদা হাপ- ভানা যৈদাগা মাম্বুংতা সিলনালমকানি।

ফি ফিরোইদি লাল্লুপ চুপ্পা য়াইরেকশংদা থমগনি। লাল্লুপ ম্বুমিত্তা ফিরুংবিদা সিলনাগনি অমারক কারকপানা ফিরুংবিদাগি লোথোক্কুনা লাল্লুপ চুপনা স্না থোৌখল ভোৌগনি। নিংথৌ সেলবাগি হৌনারকপাদি পানা অমমমদা য়িশিং য়াফি অনি। য়াফি অহল অনি মৈ থৌ য়াফি মারি অসি হাপই। শেল্লুংবানাচিংবাদা য়াফি অহলভি ফম্মাং চঙই। মৈথৌ য়া- ফিনা ফম্মাং মৈপালনায়ে। সেলথক শেলখাকরোইয়ে। খুদৈ মরোই মাপলমা অসি লৈবানা পানা য়াইরেকসঙদি অহিং ফম্মাং মৈমুৎভাপাকুমনা মৈ মুৎফদে। মরম অসিনা সেল্লুংবা নৎভানা মী অমনা য়াইরেকসং ফমপৈতা ফমফাতে থংউ। করিগুম্বা স্না পুক্লিংনা ভোৌহলনিংবা থৌ লৈরাবদা শেল্লুংবা অহলনা লমচিং পুরেল রোইরবাম্বুং য়াইয়ে। অমদি পানা মরিমানা লাই পানবা নিপাল ভমপাকয়িম থৌখল নিপাল অসি চৎলে। লাইগি ভিলগি মাপোক ম্বুমিং থোকলাবাদা সিথা থিলপা সঙভি মাপলনে। শাগোলশঙ, শামুশঙ, ভুলাইরোই, অচানবা, হিভাকফানবা, লৈমানাই, নিংথৌনাই, পোৎশংবা মাপলমা অসিনে থংও। হায়রিবাশিং অসিদি

শিথাথিললি। রাইসু তৈনায়ে। শঙ্ মাপলমাকি সিলদি অসিনে।

অমাদি খরাই মানা পালবাতি কৈপি চালানা থিললে, থৌথাবাত্তি নিংথৌ শেলবানা থৌথায়ে। থৌখল ঙাইবা সঙনা লাকথোংতা ফমদানা থৌগল ঙাইয়ে। ফম্বা শঙতি নিংথৌ শেলবা থিয়ে সঙলেন মারিমাদি ফমদে। মারিমাবু স্নায়াথংনা কৌরবদি নিংথৌ শেলবানা কৈরুংবা য়াইরেকশঙদা থায়ে। হিচাংনা লাকথোংতা ফমতানা, ঙাইয়ে য়ুথক য়েৌরাবাগা সংকাই সেলবানা ফম্মাং য়েৌনা কৌশিললৈয়ে। অমদি নিংথৌনা স্না থোংলেংদানা লাইভিনগী য়িশৈ শকপা চৎলবাদি য়াইরে-কলাবদি চাককম্ পোৎতি কৈনা পুইয়ে। য়াকুদি পোৎশং-বানা পুইয়ে। লেকতারবাদি মরোইনা পুইয়ে। স্না কৈথেলদি লৈকাইনা পুইয়ে, কম্পিতি কৈপি চিলানা পুইয়ে। করতালদি নিংথৌ শেনবানা পুইয়ে। অমদি স্না পাউথোল পুনা চৎ-কাতাপাতি নিংথৌ স্না য়াথংনে, মাহারানিগী স্নায়াথংনে স্নায়া-থং অনিমাবু মকোক মাথক্তা পুনা য়াগদবা মীদি য়িপিশিং নিংথেম থুপিনা হাউমচাদা হায়গনি; হাউমাচানা ফৈতাদা হায়-থোক্নি ফৈতানা নিংথৌ সেলবাতা স্না য়াথং হায়থোক্নি। নিংথৌ শেলবানা কৈরুংবা য়াইরেক শঙদা থাগনি, কৌপা মি হায়গে। জুবারাজাবু (বাংগোল নিংথৌ) বু কৌবা স্না য়াথংদি লৈমা শেলবানা কৌগনি। মচা ইবুংঙোশিং মনাউ ইবুংঙো-শিংবু কৌবাদি পোৎশংবানা কৌগনি। ইবুংসিচাশিং অয়াম্বাদি হিদাক ফানবা, সংলেননা কৌই। অতৈ অয়াম্বাদি হিতাক

ফানবা, লৈমানাই থোং অসিনা কৌই। সঙপালবা অতৈদি মাসঙ মাসঙনা কৌই। অহল লমন লাইরোইবাসিংবু কৌ-বাদি আরাংবা কৈপি চিললানা কৌই। অমদি থৌথলকি মরমদি অহল্লুপ, লাইফমগি শেললুংবা অহল অনিমানা তাংখুল অমা কাপুই অমা অনিমানা চায়ে। নাগারূপ খ ফম অনিমাগী সেললুংবা অহল অনিমাসু তাংখুল অমা কাপুই অমা অনিমা চাইয়ে, শেললুংবা নাহাদি কাপুই অমা চায়ে। নাহারাকপা পাখংলাকপাদি কাপুই অমা মী অ'ননা চাইয়ে য়েলনায়ে। অসুম্না স্না থৌথলকি মরম ফংচায়ে।

অমদি ফান তরা মাঙমকি লৈরং সায়ে, লৈপাকতি লৈকাই সঙসারোইনা লানসিললে, লৈমা সেলবাগি থৌথলদি স্না খুতৈ-সেল কাসেল, খুৎসেং খুচাই, স্না খুতেং, তো'চৈ উতোং, সেল-থক, সেলখা মৈফু চেগপ হিদাক খাউ তুপিয়া, ফিথা ফিথক মোলতুম, মোলতেক, ফিরোই লুপাক মরোই শুনা হাপ্পা, তুস্নাই পোৎলোই, ফিথা ফিথক অসুবা খোংথুম, খুতোন খোংউপ, অরোনবা শেলপোৎ হাপপা শকয়েং মি'শেল, হৈচারাং কাতি খুচিল থাং, শমচেৎ, য়েৎতুম অসি থললে।

অমদি মাহারানি লৈমারেল্গি থৌথল হায়গে তাউ। লৈমা-শেনবা শেল্লু'বা অহল, নাহা পাখং লাকপা নাহারাকপা অসিনা স্নাথৌগল্ খুৎপাই খুতোং হোংই, পোরোং লৈখেৎ য়াউই। লৈমা সেলবানা কোক্লুনাবা য়েলশিল্ চল্লে! সংলেননানে।

সেল্লুংবগি পোৎচাদি। মোংচো', লাভোক পরেংবা, থংকান অসি পাল্নায়ে। মাখালনা শিং য়েৎকোল্ নায়ে। খুলখুনা শিং রোইকোল্ নায়ে অনিমা অসিদি লৈমারেন গুরু সিতাপি ইমাকি লোইবে। অসিনা লৈমা লোই কৌই। লৈমা লোইগি মখৈ পাল্নায়ে। অমদি কৈতাকি কো চাংকোৎ অমম্মম্ চায়ে, সেল্লুংবানা ফংচায়ে।

অমদি নিংথৌশেল্পা য়াফি আহলনা লৌ পারি অনি ফংজৈয়ে, চাককমপানা, লৌ পরি অনি থুম তরা ফংজৈয়ে। সেলনাকনা লৌ পরি অমা সংগুম অনি ফংজৈয়ে।

শংকাইরেল সংপানা স্না থৌখল তৌগাদাবা হায়গে। থোংশং মৈরিংপিনা স্না য়াথং লৌদানা ফম্মাং চংলকলগা মৈরিংপিনা কৈতাদা হায়থোক্কনি। কৈতানা ফম্মাং চংলো হায়রাবাদা সংকাই লেন সংবানা নিংথৌ শেল্বাদা য়ামমা নিংথৌ শেনবা ফম্মাং চংলো হায়দানা তাককদাবানে। থৌখল্ চাকস্নুং তাক্কদাবানে। সগুস্নুং সংগাদানা কৈনা মাখোইদা স্নুমসিৎ য়েলতাই চেংচামলুক, রাইস্ন কৎলে। রাইদি খোংসংনাবাবে। স্না খোংলেংলাবাদা কম্বিনে মৈকোৎনে, চেকপনে। মিৎখল্লি অসি কোইনা পুদানা য়িল্লি। স্নাখোং লেংদারাবাদি চৎপা হৌনাদে।

কৈরুংবা য়াইরেকশঙগি মাসিল হৌনাবা স্না থৌগল তৌবাদি স্না খোংলেংলাবাদা অকাপা কৈরুংপানা সংপালপা অয়াম্বাবু সিল্-খাখিয়ে। স্না থৌখল খল্লে। য়াইরেকশঙদা স্না সেকপিলনাচিংবা আয়াম্বা থমই। শংগাই শেনবানাচিংবা স্না থৌখল তৌই। স্না

চোং সেকপিল্ খাল্লে, মাগি মাগি শিনথা কাইহনদানা ভৌহল্লে। সংকাই সেলবা হিচাং কৈরুংবা য়াইরেকসংদা কায়ে লমথোকনা য়াইরেকলাবাদি স্না থৌখল কৈলোই পুম্নামক লোইননা য়িললে, শংগাই শেনবানা য়াকু লুপ'ক পানায়ে. য়োকলেন থৌথাবানা পাল্লনায়ে। য়াকু লুপাক পাললনায়ে। য়োকলেন থৌথাবানা পাল-নায়ে সঙপালব পুম্নমক্না থৌথা অসিবু পুনবা শিলথায়ে পাম্নায়ে। অমদি চিংলোই তমলোই পুমনামাকি লোই মিকোক লেপয়ে। পোৎ থৌখৎতানা সংলাংমৈদা চল্লে কৈরুংবাগি কৈ কৈরুংতি য়াইরেকশঙদাগি ফংজৈয়ে, লাইগী মহুৎ শিল্লে।

অঙম্বা ওইরিবাশিংনা ভুলাইরেং অপুম্বা য়েলনাচুনা ভোংয়ে মিকোক চিঙলোই, তমলে ইবু মিশিং খঙনা কাহল্লি মিকোক শিংলেপ হায়বদি লাইরিক য়েংবা হনচাবা ঝিদং অশিমানা লেপই। মিকোক মাংফদে লোইপোৎতি স্না পুকৈদা শারুক অমি কৎলে। লমচাপানা শরুক অমা ফংজৈয়ে। কৈ কৈকুমতি স্না পুকৈতাকি ফংজাহল্লে লমচাবা চংপাতি খুলপি চারমতা আহললুপ, লাইফমকি অঙম্বানা চায়ে ময়াইলমদা নাহারূপ খাফমকি অঙম্বানা চায়ে। হিচাংনা ফম্মাং চংই। মপাল থোক লাবাকা মোলতেক মোনতুম্. মোলপাক মোনচেপ ফিথা পুন্তানা কৈরুংবা মারোইনা থায়ে।

অমদি লোইপোৎ লমপোৎ পুম্নামা কৈরুংবা মারোইনা থায়ে অমদি নিংথৌ সেল্বানা কৌবা শঙদি ফৌরুংবা লৌরুংবা থুমচাউরুংবা হিরু হিনাইবা হাউপাল্নাবা, হুইরোই. থাংশাবা

পালনবা, পাইচা সুবা, অয়াংবা শঙ মাপলমা অসি কৌই নিংথৌ সেলবানা কৌবানে, সঙ অতৈ আয়ামবাদি হিচাং সংকাইসেল্বানা কৌই। কৈরুংবা মারোই মাসিলদি হিচাং চোংথালপানা লাক-পোংজাকি হৌনা স্না চোং থাল্লে, সেকপিন থাল্লে। কোন্নুং মাপাল্ থোকলাবাদি কাংহৈনচিংবা পোৎসংবানা কৈরুংবা য়াইরেক-সংদা সিলনাদানা, কৈরুংবা য়াইরেকশংদগী কৈরুংবা মারোইনা পৌতানা নিংথৌগী থৌথল ফিথা থল্লি থৌথল তৌরুবা লোইরগা সংলাংমৈদা পুশিলদানা কেরুংবা মারোইনা সিলনায়মই কোলমুং মানুংদাদি পোৎশংপানা থৌথল ফিথা থললি স্না তুলাই, শাকোল শামু পুং, পেরে, সিংকা নাকানা চুং ফিরাল, মোইপুং পাশি পেনা, তৌতারি থোপথি য়েরিনাচিংবা পুন্নমক স্না থোং-লেংলকনি হাইদানা নিংথৌ সেলবানা হায়থোকই লাইকিতি হিচাং সংকাই সেলবানা চেল্লে, কৌবা চৎপাদি চৈরাপ য়াইরেকশং অনিমানা ফৈদা অসি কৌবা চৎলি অতৈনা কৌবা চৎক্লে ফৈতাকি পোৎচাদি ঘি, থাউ পালনায়ে য়িঙৌ থৌই। সিঙথাংবা লারোই, থোপালতোং পালনায়ে, পুতোল শংফম য়ালাল। থামারাল থুম কেকাম মৈকম য়ায়ে। কৈপি চিলানা তৌবাদি অসিকি লাশিং ঙকই। ফান্দ্রা চকুম সেংই সিথা থিলই। প্রামহোল পৈস্নোপকি সেপা তৌই। য়াম সুইয়ে কায়াকা চেং চেন পুতে চাক কুমতানা চাই। লালমিনা স্না থৌথল তৌবাদি স্না থৌগল থোংলেংলাবাদা চুং ফিরাল, তেল, তা লিরুং থললে। অহিংদা মৈপুল থললে, ক্বাক তালবাদা ক্বাকফম শেমই।

য়াইরেকনা স্না খোংলেংলাবাদা লোইননা হাজারিগা চৎলে। অয়োকপা চংমানায়ে। পোৎচাদি য়াইথৌ পাৎচাইয়ে। পাৎ-চাবা অসিনা নিংথৌগী মনাপাৎনে শলুত্থবা চিঙ কানা চংগ্রবদা সললুংবা য়োইয়ে। তমপাকতাগিদি ভৌদে।

অমদি লাইরিক য়েংশানা স্না খোগল কৌনরকপাদি স্না থৌখল ফম্মাং চংদানা লাইরিক খলই। নিংথৌমা পোংপৈকমদা খোকলাবাদা মুকফু কোলোম খললে। মিগি লৈপাকতাগি লাইরিক লাকলাবাদা লাইরিক পাইয়ে স্না নাকোংনা তারাবগা লাইরিক অড়ুগী মারোল খননবাদা স্নায়াথং অমারক লাইরিক য়িহলতানা মিলৈপাক্তা পিশিল্লে। মিরৈপাক অমানা লৈ-পাক খুত্তুম চলকে নিংনা পিরকপা লাইরিকপু লাইরিক মা-রোলনা ঙমতানাবা থৌরাং তৌই। লাইরিক য়েংপাকি লাইরোনতি থোংনাং লিশিং চাইবগি মাছুংনে থাংচিং হায়বদি উচানে আপালবনে, কৌক্রু হায়বদি অপাংবা শিনথোংনে অসিনা মাসিল পিচায়ে। মুকফু কোলোম স্না থৌখল হনচাপা, হিতং অনিমানা ঙাইদনা খলয়ে। লাই-য়িংথৌ থাকেম্বা স্না হাকথক্তা সংলিংবদাগি হৌদানা হলচাবা হিদং অনিমা মাফম হাপপিরে। লাইগি মাখিং খংনা গুরুনা তৌহল-দানা মাফম নাইহল্লে।

অড়ুঙৈগিমাথৈ ফমনাইবা কৌনারকই। স্না খোংলেংলাকপতা কলোমতা পুদানা স্না খোগল তৌই। অমদি তাখেন লমপু মায়াংলমপু তেখাউ লমপু অসি পালনায়ে নিংথৌ মাচা মনাউ

কমনাইবনা শাচৎ লালচৎলাবাতা পালনায়ে নিংখৌ মাচা মানাউ কমনাইবা সাচৎ লানচৎলাবদা চৎমানায়ে। মুকফু কোলোম পুইয়ে স্না থৌগলগি মাশিল চংপাত্তি কৈরুংবা য়াইরেকসং, চৈরাপ হিতাক ফানবা পোৎসংবা হিরু হিনাউবা স্না থৌগলনা-চিংবা অসি চংহললে অতৈ অয়ামবাদি মাহারাজা চিংথংখোম্বা হাকথক্তা চংহললম্বানে চংহৈদে। সৈপ্রাক চাহৎপানে থংউ। থংচিং হারমনা মৈতিংঙু কিয়ামপানা কুমফি খোংয়াং লোই-চাহললে। লাংমুংনা লেং য়োইহললি। সামুপল্ পালুলে। ফৌ থুম্বু চায়ে।

কৌক্রু হারমদি মৈদিংঙু খাকেমবা হাকথক্তাগি হৌনা কোইরেংনা লেং য়োইনায়ে খুলপি চারম চাহললি। কাংশং পালনায়ে ফৌ থুম পিচায়ে লৌ পিচায়ে। কোইরেমকৈতা তাহললে। খাদা থা'চিং হারম তুরেল য়াংমাতা কৌপারু হারমনে, লাইরিক য়েংবাগি সিলদি অসিনে থংউ।

পুয়োই লৈকোয়বা মখৌ য়াঙ্গেনবগী মশিল

নাউথিংখোং হাকথক্তগী হৌনা নিংথৌনা সিরা-বাদা পুয়োই লৈকোইবা মাথৌ য়াংকেলবদি নাকনপমক!, পামখাইচম্কা অনিমানা লমপাল মিকপই। থোংবমনা কুশা থালশায়ে। তোক-পমনা মং তৌই। অয়াম্না মংকমদা চাক থিললে মংথোং থিংই; মংকমদা চাক থিলবা লাদি থাউদৈচমনা থাংই। চাক থোংনাবা শিঙদি চিংগাংবমনা থাংই। কুমরোন থাশি মুমিৎ থাসুরাবাগা অয়ামনা মংথোং হাংই। মংথোং হাংবাদি

লৈতৌ য়োৎ ; নাহৈ থাং খুনেৎ য়োৎ, খুনেৎ শেল, ফিরাক অনি চেঙ লৈ য়েরুম স্না লুপা অসি য়াউই। তৌবাদি তোক-পমনা তৌই। সাথোকপমনা সৎথোকই। মচুম মনাই থুনাম নাঙৈদি সিয়াংপমনা য়াংথোকই। অথামনা শম শেংই। হলস্তু অথামনা লোৎথোকই। শারু থাইথোকপাতি শারোৎথাই-বমনা থাইতোক্কই। খোয়রোমনা লুচামই। লু অয়াম্বাদি লোইতোংবা, থোইতিংচম, লোংচম, অহলথেম, অকোইচম য়িস্নাক মঙামা অসিনা চামই। অরোইবাদি অমাকচমনা চামই। চ'মনাবা লোংদি তিংশাংনা কংলে অদুদা হাপ্তুনা চামই, হকচাংগি উন তোং মারেক মহাও থুনামবা তারিবা থিবিকতি সৌকুলাকপম খোইপম, সমপানতোরাম য়িস্নাক অনিমা অসিনা শাকু বালোংতা হাপতানা ফুমই। শাকু বালোংস্তু মথোইনা শায়ে। লু অশেংবা অদু য়োমনাব' ফিদি য়িমলেনপমনা শায়ে, হংলেমকা কোলোমকা অনিমানা পোরোম থোপথিললে মুমিৎ মঙানি লুফোই। অদুকা মুমিৎ থা অফবা য়েংদনা লুচল্লে। পুরোই লৈকোইবাকি মাশিলদি অসিনে।

শ্রীলাইমিংথৌ থাকেম্বা হাকথকতাকি হৌনারকপা কৈ-লোইগি পোৎনাদি লম অমা থাগাই'কাপ অমা, চুই অমা রাই অমা, খুতোল অমা অসিনা চৎনায়ে তিংশোংকি পোৎনাদি পালচি অমানা য়াংকোক অমা লোং অমা, চেংচামলুক অমা শুমশিং অমা উরোং শুমশিৎ অমা, য়াইঙাং পোল অমা, সিংপোল অমা, পাল পোল অমা মুস্তমকি অমা মিংথৌনা

কমপাল কাবাকা খুলাকপানা পুথম অমা, লুপলাকপানা তিংকোৎ অমা. পোৎপু তাংপা নিপালমাগা মুশুমফি নিপাল নায়ে। খুল পুন্নামানা সেলচা মঙা নায়ে। রোক থায়ে। হাউচোংপাতাসু য়ু কৎলে। নিংথৌনা শিরগা পালচি অমানা সিংপোৎ অমা কৎলে।

অন্দ্রোগী পোৎনাদি পালচি অমানা ফাকংলম তরুক সামানাএ। লাল্লুপ অমাদা শরুং নিশাল নায়ে, কুহি, পাং কুরা য়েৎনখৎ নায়ে, কম্বালতা সাকুফাল ফুয়েশুক কৎলে, মেরাদা রাইয়ু কৎলে রোক থাউ সিতেকসিয়েংতা খুলাকপানা পুথম অমা, লুপলাকপানা তেংকোৎ অমা, খুল অয়াম্বা শেল চামঙা নায়ে, চাপোকপাতা মাহারানিকিতা মি অনিনা ফি অমা নায়ে অসুম্না চকপা অন্দ্রোনা নিংথৌগী পোৎ নায়ে অপাল-পিকি মী অহুম, ফি অমা নায়ে। অন্দ্রোগি পোৎনাদি অসিনে।

মোইরাংগী পোৎনাদি, সিংলেন অমা মুশুমফি অনি নায়ে, খুল অয়াম্বনা মরেং ঙা ভাই তরামঙা নায়ে হেনতাক চফু তরামঙা লমচাবাগি ফৌপোৎ তরামঙা হাডিপাতা মি অমনা সেল চাম্বা মী অনিনা ঙামু অমা, হেন্তাক চাফু অমা, পৌঙা অমা, ঙামু কাংপোল অমা চিন্দরোক ঙা তরামঙা সিংতেক সিয়েং ফমপালতা খুলাকপানা পুথম অমা। লুপলাকপানা তেংকোৎ অমা লাইরেল লাকপানা তেংকোৎ অমা। লাই-রেল হিদংনা মুসুমফি অমা পাখংলাকপানা, মুসুমফি অমা নহারাকপুনা মুসুমফি অমা। থামু কংলি সিংতেক সিয়েং ফম-পালতা মি অমনা সেল চামঙা, চাম্বাঙা নায়ে।

চাবোক মাহারানিকি মি অনিনা কি অমা নায়ে অপালবিগিদি মী অহুমমানা ফি অমা নায়ে তু অয়াম্বাগীদি মি মারিনা ফি নায়ে। সেকমাইগি পোৎনাদি লমচাপাতা কৌপোৎ তরা মঙা কৎলে লাল্লুপ অমাদা খরুং নিপান নায়ে বোক থায়ে। কালনৈ নায়ে লমতা হাউ তাইবাদা য়ু নাইয়ে। সিংত্তেক সিয়েং কমপালতা খুলাকপানা পুখম অমা, লুপলাকপানা তেংকোৎ অমা, খুলগি মী অয়াম্বানা শেন চাম্মাঙা চাপোক নাউশোংদা মাহারানিদি মী অনিনা ফি অমা নায়ে, লংলোইদি মী অমানা মুকা খল অমা, লংয়াই খল্ অমা পাংকং খল অমা থামু কৎলে। চাপোক নাওশোংতা মাহারানিগী মি অনিনা ফি অমা কৎলে। অপাম্বীগী মি অমানা ফি অমা তু অয়ামপীকিতি মী মরিনা ফি অমা নায়ে।

চারাপ য়াইরেকসংকি কক থায়ে। সিংত্তেক মিৎয়েং কমপালতা খুলাকপানা পুখম অমা। লুপলাকপানা তেংকোৎ অমা, খুলগি মী অয়াম্বানা শেল চাম্মাঙা নায়ে। লায়োইতি লাল্লুপ অমদা লাহৌ ৭ লক হৌই। বোক থাএ থামু কৎলে হাউলৈমা মপাম য়োইয়ে। সিত্তেক মিৎয়েং কম্বালতা খুললাকপানা পুখম অমা, লুপলাকপানা তেংকোৎ অমা খুলমি অয়াম্বানা লাকৎলে থোথোক খুদিংদা লাকৎলে শচি মরুল কৎলে। মুথ্রপি কৎলে। য়িলমগী পোৎনাদি সিংলেন অমানা থা অমদা শেল লিশিং অমাগা শেল চাম্মাঙা তালএ। ঙাচাপোৎতা সিংলেন অনিনা শারেং পৌঙা অমা, থাংচি কাংপোৎ অমা ঙামু কাংপোৎ অমা চিলবোক তরা। হাওথিপাতা মি অমানা শেল চাম্মা। মি

অনিনা শারেং পৌঙা অমা হেনতাক চাফু অমা ঙামু অমা ঙামু কাংপোৎ অমা থাউটৈম থৌরি নায়ে। কোংপারেন কৎলে সিংতেক সিয়েং ফম্বালভা খুলাকপানা পুথম অমা, লুপলাকপানা তেংকোৎ অমা। খুলমি অয়াম্বানা শেল চাম্মাঙা চাম্মাঙা নাএ। চাপোক নাউশেংতা মী অমনা ক্রাংচি তরামঙা রে'ক তরামঙা, শারেং পৌঙা তরামঙা সেল চাম্মা নাএ। অপাম্বিগি মী অমানা থাংচি তরা, চিলরোক তরা, ঙামু তরা। মি অনিনা শারেং পৌঙা অমা মি অমানা সেল অহুম নাএ। তু অয়ামপিকিতি মি অমানা থাংচি নিপাল ঙামু নিপাল, চিলরোক নিপাল. মি অহুমনা পৌঙা অমা। সেন য়াৎথৈ সিংনাং মৈরা সিঙ্ক রাই মঙা নায়ে। রুরোইতি থা খুতিং রুয়াললে। মৈ থৌরি কৎলে, রাংনু কুমফিতি কাইলং কৎলে। হামেং চাউরেল .নাএ। চাইরেলনা লাললুপ অমদা কমপি তরামঙা নাইএ। হামেং চাওরেল নাএ, রাইলং কৎলে। লালুপ অমাদা কুহি পারি মঙা নাএ, মানহি নাএ। সুকুমুনা থা অমদা উচাল পারি মঙা নাএ। লমচাপাকি মীনা থা অমাদা পারি অমা সিংতেক সিয়েংফমতা হলচাপানা পুথম অমা। হিতংনা তেংকোৎ অমা খুলমি অয়াম্বানা সিংলেল অমানা উচাল পারি অমা চাপোক নাউশেংদ মাহারানিগ সিংলেন অমানা উচাল পারি অমা, তু অয়ামপাকিনা রাই তরুক নাএ। কুহি নাএ হামেং চাউরেল নাএ। রাংনুতি সিংতেক সিয়েং ফম্বালতা খুলাকপানা পুথম অমা, লুপলাকপানা তেংকোৎ অমা, খুলগি মী অয়ামবানা সেল চাম্মাঙা নাএ। চাপোক নাউশোংতা মাহারানিকি

সিংলেন অমানা থাংচি অমা, মঙানা শরেং পৌঙা অমা। অপালপিকি থাংচি নিপাল, ঙামু নিপাল, চিলরোক নিপাল। মি অনিনা শারেং পৌঙা অমা নাএ। ন্থংমুদি সিতেক মিয়েং ফমপালতা তেংকোৎ অমা, খুল মিয়ামনা শেল চাম্ম ঙা নায়ে। চাপোক নাউশোং মাহারানিগি কুহি পারি অমা। অপালবিগি রাই তরুক নাএ। কুমফিকি পে ৎনাদি সিংলেন অমানা ফৌপোৎ তরামঙা লমচাপা অনিদা ফৌপোৎ কুন্থারা কাইরংসু নাএ। ঙাচা পোৎতি মি অনিনা শারেং পৌঙা অমা থাংচি কাংপোৎ অমা, ঙামু কাংপোৎ অমা, চিলরোক তরা মী অমানা সেল চাম্মা হেনতাক চাফু অমা মী অনিনা শরেং পৌঙা অমা ঙামু কাংপোৎ অমা সিতেক ফমপালতা খুল্লাকপানা পুথম অমা, লুপলাকপানা তেংকোৎ অমা, মী অমানা সেল চাম্মা চাপোক নাইশোং মাহারানিকি মী অমানা থাংচি তরামঙা, চিলরোক তরামঙা। ঙামু তরামঙা, শারেং পৌঙা অমা।

অপালবিগি মী অমানা থাংচি তরা চিলরোক তরা মি অনিনা শারেং পৌঙা অমা তু আয়ামপাকি থাংচি নিপাল, ঙামু নিপাল, চিলরোক নিপাল মী মরিনা শারেং পৌঙা অমা নাএ। কোংয়াংকি পোৎনাদি অসিগা মায়ৈ ককচিংগী পোংনাদি থৌখল অমানা থাইচা অনি। থৌমি অমা, নাইচা মারি শোইয়াইনা থাইচা অনি। থাকিকী পোৎনাতি অসিনে সিতেক মিয়েং ফমপালতা খুলাকপানা পুথম অমা। লুপলাকপানা তেংকোৎ অমা। অসুম্না পোৎনা অসি শোইদনা নায়ে বুধিরাজানা

নাই অমা মী অয়াম্বাদি মী অমানা খাইচা অমা নায়ে চাপোক নাউশোংতা মাহারানিকিদি মী অনিনা খাইচা অমা নাএ। অপাল-বিগিদি মী মরিনা খাইচা অমা, হামেং চাওরেন নাএ। ফম্বালথাঙ শায়ে।

মায়াংনিংথৌনাইগী পোৎনাদি লোইহাদি মী অনিনা ফি হৈরি মাকু অমা। অনিনা পুংঙৌ অমা। তরুকনা নিংখম মালোই অমা লিমোন কৎলে উৎতিগি লফু চানাম কৎলে। মী অমানা মালোই অমা লিমোন কৎলে কোনপ্রেক কৎলে কাংপোৎ অমা কৎকানিয়ে। মেরাতা শারেং ঙাতাই নাএ। কুম খুতিং নাই কৎলে শাকোল শামু সিং মৈতান তুলারোই অসি খললে লমচাপা খুদিং অয়োকপা মরি পিয়ে। শোইরোই চংই। খোইরুংয়ে, সুংঙৌ পুইয়ে লাইফি থাএ, কাংঙা থাএ. ঙাসু শোইকাই য়োকএ। ময়াং নৈমানাই শংহলনে, থুমলোইদি থৌথে ক খুদিং থুম কৎলে হামেং চাওরেন নাএ। সামন থুম না'এ কৈদি শিংলেন অমানা ফৌপোৎ কুনথায়া নায়ে। চেংকুপ য়াইশেং নাএ, খোইজু লফু চানাম উয়োংশুমচিৎ, য়েনভাই চেংচ'মলুক, খারাই পাকশি কৎলে। খেইচু লমওক্ পাউতমনৈয়ে। ফৌথিল চাক কৎলে, মতারুক নাএ। মাহারানি লমকুমপাতা কৈসুপিনা তুলাই পুইয়ে, লমচাপানা ফৌ চাংকোৎ অমা চাএ। হৌরাই, হেনভাকলা কৎলে, চাপোক নাউশোং সিংতেক মিয়ে তা রাগোলতা চংয়ে, কৈ পুমনামককী পোৎনাদি অসিনে।

চোথেগি পোৎনাদি পালচি অমানা কাইরেলফি মরি, থোইদিং চাং অমা কুমনা পোৎ অমা, মেরাতা চাক্ খুরুম ফিতুপ তরা, ফিতুংয়িল তরা, মিংলৎ অনি, চাক পাওতম অমা, সুমশিৎ তরা হুইত্রি কুন। লোং তরামণ্ডা, তাপু নাশি খাউ তরামণ্ডা, সাইরুক তরামণ্ডা, চেংপোল নাউশোং মাহারানিকি মী অনিনা ফি অমা সিতেক সিয়েংতা নিংথৌ মাতু অমা অমাকি ইপেম্মাশিংকি ফমলুপ মাতুং ইলনা নাই পিয়ে। নিংথৌনা ফম্বাল কাবাদা মি অনিনা ফি অমা নাএ। অমুস্না চোথে খুলনা পোৎনা পিয়ে।

চোথেগী মাশিল

লাংতে লমকি পোৎনাদি পালচি অমানা ফি অহুম নায়ে। থোইদিং চাং অনি নায়ে। নৈরি, মাবাং লিতান খুল অহুমমা কি পোৎনাদি, সাইপুনে, সুং-কোৎনে, আলুকনে পলসাংনে, খোংসাং খুলনে, মিকাপুংনে অসিতি খুল অমমমম্না কাইলেংতা মি অনিনা সলতং অমা নায়ে। মেরাদা সলতং অমা নায়ে।

লাংতেগী পোৎনা

খুলপি চালমতি পালচি অমনা কি মরি নায়ে। থোই দিং চাং অহুম নায়ে। লাফোই নাই, মেক্রুক নাই। কমপাল রাংকোলতা মি অনিনা ফি অমা চাপোকু নাউশোংতা মাহারানিকি মী অনিনা কি অমা মেরাকি চাক, খুরুম, ফিতুপ তারা ফিতুংয়িল তরা, মিংলং অনি, মাইলং অনি, চাক পাউতম তরা, তরা, কুরেক চাবোল অনি, সুমশিৎ তারা নায়ে। অমুস্না চহিগী নিংথৌগী পোৎ কৎপগা লোইনুনা থবক থোকপাসুং কৎলে।

আইমোনতি পালচি অমানা কি মরি থোইদিং চাং অহুম নাএ।

চিরুতি পালচি অমানা কি অনিকা থোইদিং চাং অনি মেরাতা চাক খুম কিতুপ তরা কি তুংইল তারা মিৎলং মাইলং অনি, পাউতম তারা কুয়েক চারোল অনি সুমশিৎ তারা চাক পাওতম অমা কমপাল মিতেক মিয়েংসু খুলপি চালমকা অমা-তানে।

তাংখুল খারুক্কি পোৎনাদি লশিং পোল খল তরামারি হানপা পোল অমা। সৌথাং পোল অমা। সিং থাপক অমা হিতাক পোল অমা হাযেং চাওলেন নায়ে। মেরাতা চাক থাপক অনা মিং থাপক অমা নায়ে। কৈথেল ইরাৎনায়ে। লমচা লমপুনা চায়ে। কৈরুংবাদা খুলচানা সেল লাখা অমা কৎলে। খুল অপিসকনা লিশিং মঙা কৎলে। শঙ; কৈ, য়ুমচাউ শারাবাদি য়িম-থোক য়িম য়েংনায়ে। মিতেক মিয়েং কমপাল বাংকোলদা মি অনিনা কি অমা নাএ।

তাংখুল অরাং লুপতি লশিং পোল আমা সিংপোল অমা, পানপোল, হরাইপোল নাএ।

ইথম্, মোনথৌ, কৈহৌ, ব্রূমং খুন মরিগাদি হরাই, শিং হিদাক থাপক নায়ে। মেরাদা মংতা লুক কৎলে। লমচাপাতা কি কৎলে। কমপাল বাংকোল মিতেক মিয়েং নাএ।

মারিংগি পোৎনাদি লোইচাউতা কুমনা পোল অমা, কুম অমাদা য়োৎ অনি কুম অনিদা য়োৎ অহুম নায়ে। কুম অহুমদা

য়োং মরি নায়ে। কুম মরিদা য়োং মঙা নায়ে মী অনিনা লৌই। থাংপল মুরোক পোল অমা, থাংলোয় মারু কৎলে। মারুদি অপালপিনা চাএ। কৎথেল লোইকৎনে। মেরাদা পোলকি মতুং ইন্নপা পোল মাপুংদা থাং হাপতানা কৎলে। হৈমাং পোললাং কৎলে। থাং অমা থেৎলে, ফিমুনা য়োমই। হামেং চাওলেন কংলে. সলচিলাং থৌই। কুম লেপনা লোই থৌয়ে। সলতুগি লম্বী শেমনবা রুতু শিংচং অমা লমফাল য়োং অমা। ফিমু অমা নমতা কুপনবা অমা, ম'য়ুং য়ানবা ভেংকোং অচৌপা অমা সংকাই য়িমচাউ শাবাদা য়িম শাপাতা হৈরা-পোপ, সিংখা কৎলে কংলা শারাবগা সেরি কলে। মিতেক মিয়েং কমপালতা মি অনিনা ফি অমা হৌই। মাহারানিনা মচা পোকপাম্বুং অসিনে; খুলনা মুরোক পোল মঙা কুমনা পোল মঙা, য়োংপুল অমা নায়ে।

খোইপুদি পালচি অমানা কুমনা পোল অমা লাশিং পোল অমা কুমনাগি ফক পাউতম মঙা লাশিং ফি ফক পাউতম মঙা লোইমল থৌই। মিতেক মিয়েং কমপাল নাএ। শংকাই য়িম চাউ সারাবগা সেরি সেলচাও কৎলে। হৈরাপোপ্ কৎলে।

লাইলম চিশাংতি চিচিনুতা ফক কুম্থ্রা নাপু কুম্থ্রা পাউতম মঙা নাপু পাউতম মঙা, লাইলম মুংঙৌ চেনলে। লোইসল থৌএ মিতেক মিয়েং কমপালতা মি অনিনা ফি নাত্র। মাহারানিগী মচা পোকপদাম্বুং অসিনে। খারম চিংমাংদি পালচি অমনা চিংচাকু পোল অমা নাএ, সললাংমৈ থৌই।

মাকপাং, কাইরোং অনিমাদি পানা কৎলে। খারমম্থ, লাইরমম্থ মিতেক মিয়েং কমপাল রাংগোল নাত্র। মাহারানিনা মাচাপোকপা-ম্পুং নাত্র। য়িমথোক য়িময়েংনায়ে অস্থস্মা খুল অসিনা নিংথৌগী চহিগী অংস্থং থোথোকী পোৎ কৎলে।

করাউদি লোইচাওতা মি অমনা ফিরাক মঙা, লোইখমতা অনি মাতেক থোইতিং চাং অমা কুম অমদা য়েল অমা কৎলে। কুম অমদা নৌ কৎলে। য়িমথোক য়িময়েংতা ফক কৎলে। শেরাদা হৈ পোল-শংগাই শারপাতা সেরি শেনচাউ কৎলে। মেরাদা হৈ পোল-ফাং কিমু কৎলে, সলচিলাংয়ম থৌই, চাপোক নাউশোং কমপালতা মি অনিনা ফি অমা হিতাককি হৈরাপোপ কৎলে।

মোলয়োলদি মি অমনা থোইদিং চাং অমা মিতেক মিয়েং কমপাল চাপোক নাউশোংতা মী অনিনা ফি অসি নাএ।

মোলশাংদি মী অমানা থোইদিং চাং অনি, মোলথক পোলখা নাএ। মিতেক মিয়েং কমপালদা মাহারানিগি চাপোক নাউশোংদা মি অনিনা ফি অমা নাএ। পালচি অমানা বুচান স্থক অমা নাএ।

পূরুন নিংথৌনাইতি পালচি অমানা কাইরেল কাইফি অমি নাত্র। ফিতেন অনি নাএ থোইদিং চাং অমা, হিতাক পোল অমা, ফি পাউতম তরুক মিতেক মিয়েং কমপালকী চাপোক নাউশেংদা মাহারানিগীদা মী অনিনা ফি অমা নাএ।

অনালদি পালচি অমানা থোইদিং চাং অমা বুচাল স্থক অমা হিতাক পোল অমা পোলখুন সেল লাখা তরুককা

হামেং চাউয়েল নাএ। মিতেক মিয়েং ফমপাল চাপোক নাউশোং-তা মী অনিনা ফি অমা নাএ।

কমসোনদি মী পালচি অমানা থোইদিং চাং অমা নাএ। রাংখৈরোইতি পালচি অমামা লাশিং পোল অমা নাএ। পোলথক পোলখা মায়না নাএ। থোইদিং পোলথক পোলখা মায়না নায়ে। সিংপোল অমা. কাংছ পোল অমা পোল মতুং ইনবা লিহিং মাপাক তরা পাউতম য়াইঙং হারৈ মঙা, হামেং চাউরেল নাএ মিতেক মিয়েং ফমপাল চাপোক নাউশোংদা মি অমানা ফি অমা নাএ। লুহুপ পালচি অমানা লাশিং আয়িল অরাই পোল অমা নাএ। সিংখা মপা অমা নাএ। থোইদিং চাং অমা মিতেক মিয়েং ফমপাল চাপোক মাউশোংতা মি অনিনা ফি অমা নাএ। হামেং চাউরেন নাএ।

মকেং থ কানতি পালচি অমানা ফি অমা নাএ মুরা-থেনকা. তুমনৌপোকপি, ময়াংখাং, থুমমায়োল খুনৌ খুললেননে খুল মঙামা অসিদি মুয়ুম নায়ে।

তোকপা খুললেননে, থোননমপানে নোংফৌনে চাঙৌপুংনে খুল মরিমা অসিদি কুম লেপনা নাই কৎলে।

লাংকাতি খোইরু নাএ। শামু পুকলি নায়ে তুলাইকি চামংলি নাএ।

মাখুই লাললোইতি চুং য়িঙেল কৎলি। মখান খুললেননে, মাখাল খুনৌনে অনিমাতি খুননৌদি মেয়াতা মীশিং থোয়ে. মথাল খুললেনদি তেনচৈ কৎলে। লশিং পোল অমা কৎলে। থোইদিং পোল অমা কৎলে। কুমনা পোল অমা কৎলে।

কাপুই চিংমাইকি পোৎনাদি পালচি অমনা সিংপোল থল মঙা হালপা পোল অমা কৎলে। থোইদিং পোল অমা কৎলে। হিতাক পোল অমা কৎলে। মেরাতা লাইনি কৎলে অসি নাইয়ে।

য়িরেংনে, কাচুপনে, কার খুল অরাংনে, কোনশা খুলনে, খুল মরিমা অসিদি হিপাল থোই থৌরি পান্না কৎলে।

নাতেকপানে, কাপুই অনৌপানে য়িচুমনে সুংপংনে খুল মরিমা অসিকী পোৎনাদি নোংমৈথোক কৎলে. থৌরি কৎলে. পায়াসু কৎলে। মাকে শারাম থাউ কৎলে, য়েনথৎ কৎলে পুলৈমানবি কৎলে। মুকথবি কৎলে। মিতেক মিয়েং কমপালতা মহারানিকি চাপোক নাউশোংতা মি অনিমা কি অমা নাএ।

লাকোক শারামগি পোৎনাদি ঙাইথোং পোৎলেন অহুম নাএ। লাইয়িংথৌ নিংথেম খাথেমপা স্না মহাকথক্তাগি হৌন-ব্রমপা লৈপাক পানবাগি রা হায়গে। লমচৎ থোগল লাংথল থৌ নাইনা সঙ পানবা পুন্নামমাকি মাগি মাগি মথৌ থৌথল ফিশেৎ বাহাই, অঙম অথৌ, পুথ্রন, নোংথোন কমথৌ নিংথৌ সংলাক কৈরুং পুন্নাবাগি কমকম চাকচা পুমনামাক্তি অসিনি অমি কায়দানা তৌগদবনে খঙও।।

লোইরবা

